ফোওষণা :

হরিমতি

হরিনাথ ঠাকুর

হরিণময়ী

হরিবালা।

১৯৭২, জুন।

১০০০

মহাভারত

প্রেস।

# ভানু

অহানবা পন্দুপ

খুঙ্‌' অমগী মনুংদা চৈংভাল অমা উবি। মসিনা খুলসিগী ইতিহাসনি। উপালশিংগী মবক্তা নুংপাক্তা খুদম কয়ামরুম লৈ। মসিনা মন্দিরসিগী সাক্ষীনি।

ভান্নু লৌমী নীংঙোম্নি।

খুনসিগী মনুংদা মহাক্কী ফজবা, কবিগী কল্পনানা কোংদোকপা ঙম্লরোই। মহাক্কী বসন্ত চহিনা পুবকলম্মী। মশক ফজবতা নত্তে, লমচৎসু সুপীশিংগী তমজনিঙায় ওইবম্মী।

খুঙংগী পুক্নিদা সুমিদাংৱাইরম ঈশিং শোকপা চৎপদি, উমংগী লাইরেম্বী ওইরবোই নীংই। খুন্দোনগী পুক্নিনি। কদমপাম্বীনা পৱেং পৱেং হোরি। খুলগী সুপীমচাশিংনা ঈশিং শোকপা শঙ্গু-শঙ্গু চৎলি। কদম্মখোংদা কোয়না ফমগনা ভান্নুনা ঈশৈ শক্লি। খুনগী মীনা থত্তদবা য়াওরমদে। লম্বীগী উপাল পুম্নমক্না থংলম্মী। লৈপাল খিবিক্কী লৈনা, উমং লাইরেম্বীগী পুক্না সুমিং খুদিংগী কংলম্মী।

অরোয়বা সুমিংনি। খুঙ্গা পুম্নমক লাইবুংদা তিল্লরে। খুঙংগী জগোইনা মন্দিরগী মমাংদা শাখ্রে। অরোইবদা শবর ভান্নুনা,

থম্বা থোইবীগী জগোই শাবক্রে। মখোয় মনিগী জগোইনা ল হৈবুদা তিল্লিবা মী পূম্নমক্কী থম্মোয়বু চিংশিনখ্রে। উপালগী উবিশিংনা লৈপানশিংবু য়েংশিনখ্রে। ভানুশংন' হন্না হন্না শোম্নবী। থম্বা থোইবীনা অনি অসিবু হেল্লমগদ্রা? "জগোইনা উনবু স্বর্গ ওইহনখ্রে"। খুঞ্জাশিংনা শোম্নবি। কুমজা হবাওবকপশিংগী মহুৎদা, কুমসিগী হরাওব' অমুক্তা, উনকত্রি। অম্বম্ন' লাইবুংদগী কায়দরম্মী।

ভানুনম্বু মম্মোয়গী থম্মোইদা শরদপু পূজা তৌখ্রে। শরদ লৌমীনি। ভানুম্বু লৌমী নীংঙ্ঙিম্নি।

চাওবগী মরুপ নবনি। লোংমা মন্দির মমাংদা রাশকম্নখি। ইথোয়গী ইচাশিং অমত্ লোন-লৈনহন্সি। চাউবনা হায়খি। ঐংথোয়গী মরক্তা অমনা অপোকপদগী পীনসি। লাইরেম্বীনা ভুনি সাক্ষী ওইহৌসম্নু। উমংগী দেবতাম্নু তাহৌসম্নু। অসি হায়রুনা রাশক্লখি। মতং চদ' মথোয় অনিদি চহি তরানিথোয়দা মশুরী।

লৈচিল খংবা অমুক্তা উমংগী লম্বানি। কদম্মথোংদ শরদনা [illegible] বাঁশী [illegible] থোইবুংশিংনা লৈচি চুম্বগী পাই- [illegible] কদম্মপাম্না নুপ্পি। [illegible] অমনা মনিং অনিবু [illegible] কুমাংলগী কদম্মখোংদা বাঁশী [illegible] কনাবু কৌবি? [illegible] ধ্যান তৌরম্ব তাকপীয়ু। এগী লৈপরেংসিন [illegible] খুকমতম্লগে। অসি হায়রুনা [illegible] শরদকী ওকশংদা হুকচিন্দুনা চিংলি।

শরদ— ভানু! ভানু! হায়না মহাক্কী বাঁশী অতনা মশাম অতু কোংলগা, হে দেবী, নংদি মীওইবা পূম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবিনি। পূম্নমকপু থডাব ইম নি। এনা নীংজরিবদি নংনি। এগী অরানবা অপুম্বা কোকপীহনা থৌজানবিয়ু। অসি হায়রুনা মন্দিরদা হায়থরুনা শাংলিধা হৈথাগে'ক মপাল অতু হেক্কুনা মনাদা চিনবিরি।

ভানু- নংনা পুজা তৌরিবা দেবী অমুদি তুংদা ফাওরক্লে। নোংমা বদম্মথোংসিদা লৈ-পবেং পাইহুনা লাক্লি। মতম অমু মাওংনা নহাক প্রেম মিলন ওংহনা লৈমু। অদি হায়রনা, পীক্লবা উমংগী লম্বীদা চংলি। বসন্তগী লৈপানশিংনা রাণী ভাগদবগী তুমিন তুমিন লৈথ্রে।

শরদ—কোংদাক্লবা সুংলিবগা কেংদোকত্রিবগা, কনানা হেনবগে ?

ভানু—সুংশিনমিবু কনানা হানবগে ?

শরদ—থুঙংগী মুপীদি হেক্রা কাউগনি।

ভানু—পৃথীবিসিদা নংগী নমংদি কনানা মত্তুনা কাউহনবা ঙম্লরোই। অসি হায়রমগা স্কুল অমগী মচুদা চংমিন্নখ্রি।

থাবল্লা কুপ্পবা অহিংনি। মন্দির অমগী মমাংদা, লৈ-পরেং লেংলি। মরক-মরক্তা লৈশিং অহুনা অমু মুকস্থ থানরী। শরদস্থ ভানুগী মনাক্তা কমহুনা লৈ-পরেং লেংলি।

শরদ—চৌংদোল কয়া কাক্লরে। তুরেল কয়া লাল্লক্লে। লমহাং কয়া চৎলুরে। উমং কয়াদা শাংলম্বা, থুঙ্গং কয়াগী লৈনি। ঈশ্বরনা পীনরবনি, থম্মোয় শেংনা হেক্লকপনি। নংস্থু থম্মোয় শেংনা বর নীগদবনি। লৈশিং অসি কচ্চবগী মহৈদি—

ভানু—খঙ্লনি।

শরদ—অমুক্তা হায়য়ু।

ভানু—ঈশ্বরদি মীওইবগী পূক্লিং খঙই। লৈশিং অসি কচ্চবগী মহৈদি থম্মোয়গী থম্মোয়দা লৈরিবা দেবতানা খঙবিসনু।

শরদ—মকোক্তা নানবিরগা, নংনা নীংলিবস্থু ঈশ্বরনা বর পীবিসনু।

ভানু—আশির্ব্বাদ পীবিরে। অনিমক লোল্লা নোকমিন্নরি। প্রফুল্ল—অহিংগী য়ুথক হৌরে, লেংলসি। পুন্সিগী লোইনবীস্থু মান্দিরদগী কংবিরে। অরেম্বদা মাংহনবিনু।

শরদ—মশাগী মরালবুদি লোৎলগা, মীনা মীবু ঈকায়বা পীরি। চিন্না খোইহীনি। চিন্না হুনি।

প্রফুল্ল—শুংশিবসি উরগা পোকপনি। নত্রনে ইবেম্মা বাসন্তী।

বাসন্তী—মুপাগী লমচৎ মুপানা খঙই। ফুপীগী লমচৎ মুপীনা খঙই। মসি অচুম্বনি। দাদা প্রফুল্লসি রা ভাংদবা ওইরবস্থু অশিংবা মীনি।

প্রফুল্ল—ইবেম্মা বাসন্তী, বসন্তদা ককিলনা খোঙবা হৈতবা হৌনব্রা? অসি হায়ন্থনা শরদপু চিংখৎলি। বাসন্তী ভানুগী খুদাং পায়রগা চংশ্রি।

ভানুগী লমচৎ হোংলক্লে। লৈ-লেংবা পাম্নকপা, হি তোংথনা কোয়বা উন্নকপদগী মপানা চিংনরম্মী। লৌমীগী মচাদি লৌমী ওইবা তারে। মসিগী উপায়দি মহাকপু সহরদা থাবনি।

ঈম্ফান্দা মহাক্কী মামা অমা লৈ। মফম অহুদা থাবগে থল্লম্মী। রজনীনা মচাগী জগোয়ইদু হৌজিকসু নীংশিংলি। লাইবুং কয়াগী খুপ্পাশিংনা শোন্নরী। হবাওবা খুদিংদা লাইবুং কয়াদা হন্ন-হন্না জগোই শাখি।

ভান্থনা থোইবী শাবা খুদিংগী শরদনা খন্বা শাখি। অনিবু থাগৎপা খোঙ্গেল, পৃথিবী শিনবা থুংনা শন্দোকখি। মসিতনা মণিপুরগী অমরনি।

নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা মপানা হায়রম্মী। নংগী লাইরিক-লাইশু পুম্নমক তরংদা হাপচিল্লু। ঈম্ফান্দা থিল্লগনি। "খুঙ্গংদা লৈরবদি খুঙ্গংগী সমাজদা তিল্লগনি।" ভানু, মপাগী পাউতাকতা কুইনা খাংদুনা লৈবা ওমথ্রদুনা বাত্রা তৌরক্লে।

খুলগী লম্বীনি। মুপীমচা অদুনা খুঙ্গং অদু হন্ন-হন্না য়েংদুনা চৎলি।

নব—নংগী অওনবনা ঐগী পান্দম্নি।

ভানু—পান্দম অদুমক।

নব—ঈশ্বরনা পীবিসনু। কন্না চৎলু মমশিল্লক্লে। লমুক্কী লম্বীনি, পীক্লবা ঈচেম্না ত্রোং-ত্রোং লাওনা চেল্লি। খুমজিনগী খোংনাংবটসিগী মখোংদা পোথারুসি। ফুইররোই, হৌখ্রবা পুন্সি অসিদা অমুক্তা কায়নরক্ত্রি। করম্না থাদোকপা ওমগনি।

লম্বীগী মতুংইন্না গাড়ী অমা চেল্লক্লি। অনি অদুম্ তোংখিদুনা খুঙ্গং অদুবু থাদোক্লম্মী।

সহৎনি। পুন্সিগী অহানবা খোংচৎনি। অনৌবা য়ুমনি। খঙনদ্রিবশিংনা য়েংনরি। য়ুম অদুগী মুপীমচা অমগী মপুং ফাদ্রিবা য়াহৈনা য়ায়া শাবা হৌরক্লম্মী। মহাক্কী খোঙ্গেন্না, ঈকায়বা অদু মহেং তাহল্লম্মী। অম্মুন্না নোংম-নোংমগী ইকায়বা অদু হোৌখিরম্মী। হৌজিক য়ুম অদুগী মী অমা ওইরক্লে।

উমংগী লম্বী অদু হৌজিকস্মু মীংশিংনি। অশাংবা কদম্মখোংগী ঈশৈ হৌজিকস্মু কাওদ্রি। লবুক্কী ফজবা মীংশিংনি। চীংয়াগী উচেক পরেং পায়বা হৌজিকস্মু তবং-তয়ং উরি। থাবল করবা অহিংগী তন্নাগী খোঙ্গেল তাখিদ্রে। মরম অসিনা কালেন ছুটি হেক থাবগা, মহাক্না খুঙ্গংগী য়ুমদা চৎলম্মী। খুঙ্গংগী লম্বীনা, ঙসিস্মু মহাকপু ঙায়রি। কদম পান্থীশিংনা ঙসিস্মু মহাকপু ওক্লি। খুঙ্গংগী মম'ঙ্গবীশিংনা কৌবগী খোম্বাংতনা খুঙ্গং অদু নীনখ্রে। কালেন ছুটি লাকপা অদু উরগা, মপা-মামা অনিগী থম্মোয়দা হরাওজরে। মৌপ্বা পীশক অদুবু কোল্লগা হন্ন-হন্না চুপচরি।

ভানু—মসিনা চন্দ্রগীনি, মার্ব্বন্না শাবা তাজমহল অমা পীরি।

রজনী - ঐগীদি করি।

ভানু—চাগী শমজীরৈ অমা পীরি।

চাউবা - লোইরব্রা ?

ভানু—উনা শাবা লৌমী অমা পীরি। মসিনা অরোইবা খুদোল্লি।

থা শিরমদাইগী অহিংনি, নোংনা কুপ্প অতিয়া। অহিং খুদিংগী শরদনা কদম্মখোংদা বাঁশী খোংলি। ভানু চৎখিবা মুমিত্তগী খুঙ্গং

অদু হাংলম্মী। উমংদা অশাবা মুংশিৎ শিংখ্রে। লৈপাক্দা লৈ শাংখিদ্রে। তুরেলগী ঈচেল লেপখ্রে। থুঙ্গং অদু অকিবা মুর্ত্তিগুম্লে। শবদনা রাখন্না হিংলি।

ভানু মহাক্কী ঈশৈ অদু যাতিকুপ্পী মখোংদা তারি। অমম্বা অহিং রান-রানা হৌখিরম্মী।

নোংপোক্তা মুমিৎনা তরং-তরং থোরক্লে। উচেকশিংগী খোঙ্গেল্লা উমং অদু নীল্লি। ভানুসু লৈ-পোল্লাং অমা পায়দুনা বাসন্তী উন্নবা লাক্লম্মী।

বাসন্তী চেম্বোক্লুনা ওক্লম্মী। য়েংউ নীংথান্নবা খ'ংপোক্তা, হায়থদুনা শাংলিবা কবীরৈসে, নহাল মখৈদি, পোমলম্মী। ঙসিদি, নং লাকপা উবদা ঈঙ'ং-ঙাংনা শাংলিবা, অসি মুংশিন্দ্রা? নংদি সহরদা লৈরবনিনা থুঙ্গংবু কাউররিনি।

ভানু—ইতা, থম্বান্না ঈপাক কাউবা হৌনদে। অহিং খুদিং নংগী রাবীতা শাদুনা মতম লেল্লি। নংনা থাজত্রগা গীতা কৌবী রাঙাংহৈবী মুপীমচা, অমা লৈ। মাঙোন্দা হংলগা খঙগনি।

বাসন্তী—অদুগীবুদি খঙলে। শরদকী মশাসে, শরদ্দা উস্তুনা কুপ্পবনি। মহাক্কী ফজবা নংগী রাখন্না চুপথোকখ্রে। নংবু ধ্যান তৌবনা মহাক্কী পূন্সি ওইখ্রে। পৃথিবীগী পোৎ খুদিংমক্তা নংবু কৌরবনি। নংনা মশা লামথদুনা হেকখিবা লৈপালশিং অসিগী মখোংদা অহিং খুদিং ঈশৈ শকই। অহিং অমত্তং লৈরবদি থুঙ্গংসিগী মনুংদা মহাক্কী ঈশৈ নংনা হান্না তাগনি। মহাক্কী ঈশৈদুগী অর্থ নংতনা খঙগনি। "ঈশৈ অদু নংনা তদ্বীবা প্রেমনি। ঈশৈ অদুগী রসমু নংতনা খঙগনি। মহাক প্রেমগী যোগী ওইখ্রে।

ভানু—ইতা, অহানবদদি থুঙ্গংগী পাউ পুদুনা লাক্লম্মী। হৌজিক্তি মশক খংলে। অমুক হন্না চংবা য়াররোই। মুমিৎ

খুদিংগী মামগী মচানুপী অনিগা চংলম্মী। অয়োনবা মিংয়েংনা মামা অমসুং ইনেনা য়েংই। করিগুম্বা মিংয়েং অদুগী য়াংমা লানবা তাবদি মিংকুপ অমা ফাওবা লৈবা ফংলমগোয়। "ইতা! সুংশিববু লোৎপা ঙম্বা শরদনি।

বাসন্তী—নংনা মহাকপু শাউদুনা সুংশিবগী চাং হেলহল্লি। সুংশিবগী য়াখন্দি নায়িকাতনা খংগদবনি। নংগী য়ারী সুমিৎ খুদিংগী তম্নরিবনি। কদম পান্থী অসিনা লাক্লীনি।

নীঙখায়রবা খাঙপোক্লি। সুপী অমনা হায়রকই- ভানু, লাক্লিব্রা? মরক-মরক্তা লাকুনা নমান্নবিশিংবু কাউনমু। তত্তনা উন্নবনা সুংশিনবা হেনবনি। নংনা চৎখিবা সুমিত্তগী বাসন্তীদি খুলগী পুখ্রিদা ঈশিং শোকখিদ্রে। লাইগী লৈ হেকখিদ্রে। অহিং কয়া কপ্তুনা লেনগ্রবনি। ইমানা চাক লোয়রে। নখোয় অনি চামিন্নদবা মতম কুইরে। ইমা, অমুক্তা য়েংগে! বাসন্তী লাকউ ইতা অসি হায়দুনা চামিন্নরি।

ভানু—ইমানা থোংলবদি, হাওতবা লৈতে।

অহল—কয়াম কুইনা লৈখিগনি?

ভানু—ছুটি লোয়দ্রি ফাওবা।

অহল—মরক-মরক্তা লাকউ। খুদোংথীবা অপুম্বা ঈশ্বরনা ঙাকপীসনু। ইমাগী হায়ববু ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবনি। অমুক হংলকই—করিগীনো ভানু বসন্তদা, নংগী হকচাং কায়াৎ খুদিংদা ফজবা ফাওদ্রে। নশা অদু সুংশা মঙাল্লা শাংপী লৈগুম্না উরে। খুলগী অশেংবা সুংশিত্তা, অশংবা লৌবুক্তা লমহাংদা ননিংতম্না শান্নরিঙৈ মতমদদি, ফজবগী মপুং ফারম্মী। হৌজিক্তি চৎখ্রে, ফজরম্বতা মঙাইরে। অয়ুক্তা উমংদা খোংম্বাং য়ৈদুনা খুলগী নমান্নবী-শিংবু কৌবা তাখিদ্রে। লৈপাল মখোংশিং অসি অহাংবা মোংফমগুম্নে। খুলগী বসন্ত নংগা লোয়ননা চৎখ্রে।

ভামুনা — তপ্ন-তপ্না হায়রকই — ইমা খুল অসিগী মনুংদা মকম অসি ঐগী অনিশুবা য়ুম্নি। বাসন্তী, ভানু থরায় অমত্তগী হকচাংনি, ইমা। সহরদা লৈরবসু ইমুংসিগী ইতিহাসনা ঐগী পোত্থাকখনি। ঐনা খুঙ্গ'দা হেক থুংলবগা ইমাবু উন্নবা লাক্লিবসিনি। অসি হায়দুনা অহল অদুগী অফাবা মশম অদু পুনবিরি।

অয়ুক্কী লীক্লানা চান্নবা, লৈশিং অদুগী ময়ক্তা উচেকশিংনা খোংলি।

ভানু — ইতা। নংদি নুমিৎ খুদিংগী, উমংগী কজবা অসি উরিনি। অশংবা লৌবুক মথক্তা উচেকশিংনা শঙ্গু-শঙ্গু পাররিবা অসি নংদি কদম্মখোংদা নুমিৎ খুদিংগী য়েংলিনি। অদুবু ঙসিনা হেন্না কজব্রা ইতা।

বাসন্তী—নংদি পূন্নমক কজনা উরনি। মহাক্কী ধ্যানদা লৈবনা পৃথিবী অসি অহাংবা লৈরম্মরোই। শরদতা লেপ্তুনা মকম খুদিংদা লৈররিনি।

ভানু — নংসু কম্রিগুম্বা নোংদমদগী ইখঙ-খঙহৌদনা লাকুনা, নহাক্কী খুদাং অদু পায়রগা বাসন্তী চৎলসি, ঙসিনা ঐগী অয়োয়বা নুমিৎনি, হায়রবদা, নহাক করম্না খাংগনি। মহাক্কী মশক উবদা, নহাক্কী লৈজরিবা শক্তি মাংপ্রগনি। মতম অদুদা সংসার অমা উরকনি। ঐগী হায়বা অমা, মচুবু সংসারদা লৈবা মীশিংনা মুপীগী অপংবা কৌই।

বাসন্তী — নং মচুগী অরেপ্পা অদু উরব্রা ?

ভানু — কজনা উবগা লোয়ননা, অচুম্বা খঙলে।

বাসন্তী—নংগী অয়োইবা প্রেম অদু ঐঙোন্দদি কাওব্রি।

ভানু — প্রেমগী অরেপ্পা থংখিরোই। অসি হায়দুনা মখুত্তা পাররিবা লৈপরেং অদুনা বাসন্তীগী মঙকশমদা হকচিনবিরম্মী।

য়েংউ। ইতা বাসন্তী মন্দিরগী মনাক্তা হৌরিবা কদম্বখোং অসিদা বাঁশী খোংদুনা ঐগী থম্মোয়বু হুখি। মকম অসি ঐগী পুন্সিগী ধ্যাম তৌকমনি। মকম অসিগী উফুন্দা তোল্লবীগী মোংক্ষম ওইজগে। অসি হায়দুনা কদমগী লৈরিকশিং অদু উফুলগা লোয়ননা খুজোক-খুজোক চায়খৎপা হৌরক্লে। মনাক্তা লৈবা বাসন্তীবু শরদ ওইরবোয় নীংদুনা হায়রকই—শরদ, নংগী বাঁশীনা ঐগী মৈচাক কোকহনবিয়ু।

বাসন্তী—উপানগী মমিবু শরদ ওইরবোই নীংদুনা লৈপরেং হুক্লি। লুহোংদ্রিবী নুপীনা মমিত্তা মপী তাদুনা মপুরোয়বনা ইপ্পোক্লবী নুপীগুম উপাল খুদিংদা চঙজকম থিরি. উপান্না উরীবু কয়াম কুয়না ইপ্পোকপা ওমগনি। চৎশ্রনি অন্নাবা। লাক্লনি নুংঙায়বা পুন্সি। অসি হায়দুনা মঙক্তো শিবা লৈপরেংনা ভানুগী মঙক্তা শিবিরী। ভানুনা ঈকায়বদুনা কদম্বখোংদা নোম্বুখ্রে। বাসন্তীনা হুমাং অদু মহাক্তী কীজিনা হন্ন-হন্না তৈথোকপীরগা, ঈকায়গনু! ঈকায়গনু! ঐসু নুপীনি, নংগুম্বীনি।

ভানু - নুপীগী থম্মোয়দি নুপীতনা খংবনি।

বাসন্তী—শঙ্গোম হৈক্লসি, ওসি নোংমাইজিংনি। মহাদেবদা যুবাকুসুম মপাল অসি কংলগা, নীংবা থুনবা বন্ন নীরুসি। পীবীহৈবা গোপেশ্বরনি। নংগী নীংবা থুংগনি। অসুম তৌনা উমংগী লম্বী অদু লাপ্পোকখিদুনা খুনদোনগী য়ুম অমদা চংখিরম্মী।

## অহুমশুবা পন্দুপ

চীংহুম অমগী মথক্তা মন্দির অমা লৈ। মুংশিরবা মোইবুং অমসুং শরিকী খোঞ্জেল্লা, মন্দির অহু নীল্লি। উচেকশিংনা শঙ্খু শঙ্খু পায়রি। অসিগুম্ববা চীংহুমসিবু তুরেল অমনা কোয়শিল্লুমা চেল্লি। অরাপ্পা উপাম্বীশিংগী মরক্তা, পীরুবা লম্বী মচাশিংনা মন্দির তম্না চংলি। মরক-মরক্তা উচাল, হরিখাগোক পাম্বীশিংনা মন্দিরগী অকোয়বদা হৌরি। উরীগী লৈশিংনা উপালশিংদু য়েত্তুনা শাংলি। লৈনম পুবা মুংশিংনা মন্দিরগী অকোয়বদা শিংলি মমিং তাংলবা অহল অমনা গোপেশ্বরগী অমর শঙ্গীত শক্তুনা অরোইবা মিংকুপ ঙায়রি। যাত্রিকশিং ইল্লবা হৌরক্লে। মন্দিরগী লম্বীনি। খুদংগী যাত্রিকশিংনা মন্দিরদা বর নীররি। অয়ুক্তগী সন্ধ্যা কাওবা, যাত্রিকশিংগী খোঞ্জেল্লা মন্দির অহু নীল্লি। মুংশিং শিংলক্লে, মমলবা অহিংনি। নোংথাং কুপ্লি, ব্রজ তারী।

শরদনা যাত্রিকশিংবু লানবিরী। তোর্ব্বান্দা বাঁশী খোংদুনা যাত্রিকশিংবু অরাবা কোকহল্লি। মহাক্তী মায়থোংদু উবদা, থম্মোয়দা করিগুম্বা অমা কাওরি। কনাগুম্বশিংনা তোর্ব্বান্দা ফমদুনা তারী। খরনা শোম্মরী মুংশিন্না? গোপেশ্বরসি সন্ধ্যাদা বর নীনৈ। মরমসিনা যাত্রিকশিংনা সন্ধ্যা ঙায়দুনা লৈনৈ। মুমিং অহু অহিং চুপ্পা থাংমৈনা পুমঙাল ঙাল্লি। মোইবুং কাঙশীগী খোঞ্জেল্লা মন্দির অহু নীল্লি। খুদোল্দা মুপী অ'ন লৈপোল্লাং অমমম পায়রদুনা মন্দির তম্না লাক্লি। শঙ্খু-শঙ্খু চংলি। মরক-মরক্তা কৌনরী। অহল অমনা তুংদা তাম্নরক্লি।

ভানু—হিরানবা লৈরমখিগন্রা ?

বাসন্তী—করিগুম্বা লৈরম্লবদি মহাদেবনা বর পীবিরবনি।

শরদ—যাত্রিকশিংস্থু মন্দির য়োনখ্রে। ঐখোয়স্থু কাথৎলসি ; ঈশ্বরগী চরণদা বর নীক্লরসি। অসি হায়দুনা কাথৎলক্লে।

অমুক হায়রকই—

মহাক লাক্লরোয়! মহাক লাক্লরোয়! মতম অমদা গোপেশ্বরগী যাত্রিক ওইরম্মী। ভক্তিনা পূজা কৎখি। পূম্নমক হৌখ্রবনি। পূম্নমক স্মৃতিনি, পূম্নমক ইতিহাসনি ওসিমু ঘাট্ট ওায়রী। হিরানবা ওইরী। মহাক লাকখিগনি! মহাক লাকখিগনি! ঐগী রাথস্তনি, ঐগী কল্পনানি। মহাক মকম অসি থাদোক্লুনা চৎখ্রে। মহাক্কী থুঙং নত্রে। মহাক্কী উমং নত্রে। মহাক্কী দেবতা নত্রে। মহাক লাকখিগনি হায়দুন হিরান্দুনা ঘাট্ট ওায়রী। মহাক লাক্লরোয়! মহাক লাক্লরোই। অসি হায়দুনা মনাক্কী লৈশিং অহু পায়রগা অঙম্বা লম্বীদা কাথৎপা হৌরক্লে।

মুপী অনিগী খোঞ্জেল অহু মরক-মরক্তা মুংশিৎনা পুরক্লম্মী। সন্ধ্যাগী অমম্বনি। শা-উচেক্কী অকিবা খোঞ্জেলনা প্রতিধ্বনি তৌরক্লি। অকিবা মুর্ত্তিনা মমাংদা তরং-তরং উরক্লে। অশাবা মুংশিৎ শিৎলক্লে। মখোং থাংবা ওয়ক্লে, অহুবু মখোয়না থাজরী। হিরানবশিংগী খোঞ্জেল্লি। হিরানবশিংগী খোঞ্জেল্লি। খোঞ্জেল রাংনা কৌরক্লে।

ভানু—ঐখোয়বু লানবীরমখো! ঐখোয়বু লানরিরমখো। ঐখোয় মহাদেবগী যাত্রিকনি! গোপেশ্বর পূজা লাকপনি। থুক্লংগী যাত্রিকনি। অহিংদা মহাকপু উনিংবনা লাক্লবী তৌল্লবিনি। অসি হায়দুনা প্রতিধ্বনি তৌরক্লে।

শরদ—হিরানবা লৈরি। হিরানবা লৈরি, কিগনু! ঐখোয়না লানবীগনি। তেরামখোংদা নখোয়গী হি পুন্দুনা থম্মি। গোপেশ্বরনা

নখোয়গী শেংলবা ভক্তি ভায়রী। খোঙ্গেলগী মতুং ইন্না চেনবা হৌরক্লে। অমম্বা লমহাংনি। মুংশিং শিংপা হেৌরক্লে। লম্বী মক্ষম খংলক্লে। লমহুইগী খোঙ্গেম্না অকোয়বদা নীল্লক্লে। ঈশিং ঈপাক অংবু লম্বী ওইরবোয় নীংত্রনা জম লাউনা চোংথখ্রে। হৌভ্রিক ঈথক নেমখ্রে। খোঙ্গেনগী মতুং ইন্না নিপা অনি অত্নস্তু চোংথখ্রে। খর চৎলগা ঈপাক ময়াইদা মোংশোং অমা লৈ। মহুদা নিপা অনি অতুনা মুপী অনি অহুবু চিংথৎলম্মী। মখোয় ম'রিমক মুংম্বা স্বর পীক্ক-পীক্কা হোল্লি। মতম খরা হৌগ্রবগী মতুংদা, তপ্ন তপ্না শোল্লকই—

শরদ নংগী বাঁশীনা ঐবু পৃথিবীগী মক্ষম পুন্নমক্কা কৌরি। রাহৈশিং অহু তাবদগী, শরদনা ভানু হায়না কৌরম্লগা চেৎনা কোনশিনখ্রে। প্রেম অনি অমম্বা ওইখ্রে। মসিনা মুংশিবগী অরোইবা।

প্রফুল্লনা বাসন্তীবু মকোক হুন্ন-হুন্না নানবীরি।

ভানু—বাসন্তীগী অরাবা মিৎকুপ অমগী মনুংদা চৎখ্রে।

শরদ—অমম্বা অহিংদা, গোপেশ্বরগী মন্দিরদা করিগী লাক্লি?

ভানু মপি তরং-তবং চেল্লহুনা খুমলকই—নংগীদমক গোপেশ্বর পূজা লাকপনি। অদুবু ঙসিদি লমহাং অসি য়ৌরকপদা অমথনা ইথঙ-খঙহৌদনা কুপ্লম্মী। মরম অহুনা খুদোংথিবা অসি ফংলিবনি। খুদোংথিবনা অরাবা তাহল্লবসু নংগা উন্নব'সনা ঐগী অরাবা অপুম্বা কোকহুলবিয়ে। অসি হায়রুনা তোর্ব্বান্দা কাথৎলম্মী।

মন্দিরগী লম্বীনি, বাসন্তীনা ভানুগী ইতিহাস অপুম্বা শরদতা লীবম্মী। শরদনা ভানুবু য়েংলগা মুংশিবগী চাং হেল্লগৎখ্রে। হৌজিক মন্দির অদু মী হাংলম্লে। মতম অদু কাওবা নিপা অমদি গোপেশ্বরগী প্রার্থনা শক্লি। মখোয়না মন্দিরগী মমাংদা লেপ্তুনা মিৎকি পিনা গোপেশ্বরগী প্রার্থনা কৎখ্রে। শরদনা ঈশৈ শক্তুনা ভানুগী খুদাং

পান্নরগা মন্দির অদুবু কোয়বা হৌরক্লে। অনিমক্কী থম্মোয়দা থন্নরী। মন্দিরগী দেবতানা মখোয়গী অন্নাবা অপুম্বা কোকহনবিরে। মফম অদু অতোপ্পা পৃথিবী অমা ওইনা উরক্লে। মন্দিরদি মীওইবা পুম্নমক্কী বর নীফম্মি, অদুবু মিৎকুপ অমগী মতুংদা স্বর্গ ওইখ্রে।

প্রফুল্ল—কাউররোয়! কাউররোয়! নখোয় অনিগী ইতিহাসনা প্রেমগী ঈচেল ওইনা চেল্লরবি। নীংবা কায়রবা কন্নানা তীর্থসিদা লুপ্পরগনি। থুলগী ইতিহাস ওইহৌরগনি। তদুনা নীলহৌসনু। পৃথিবীগী মীওইবা কন্নাগী থম্মোয়দা।

বাসন্তী—ঈকায়নু! ঈকায়নু! মহাদেবনা বর পীরবদা, কবি বর নীগদৌরী। মতুংদি নংতনা থঙগনি। কদম্মখোংগী বাঁশী খোংবা মাগী পুক্লিং নংনা হুবিখ্রে।নহাক্কী মূর্তিনা মহাক্কী অরোইবনি। মহাদেবগী চরণদা নীজহৌ। লৈপরেং অদুনা পুন্দুনা থম্মু।

প্রফুল্ল—ঘাটকী হিরামল, যাত্রিকশিংগী বর মহাদেবনা ঙসিদি শরদতা পীবিরে।

ভানু—ইতা! মুংশা থিবম্নগনি; চৎলসি। অসি হায়দুনা হি অদু তোংদুনা তুরেলগী ঈচেল তম্না নাক্লম্মী থরনা মখোয়বু থিন্নরী। থরনা কৌনরী। অহল অমদি ফোংদোক্তনা য়েংলি। শরদ চহি তরামরিতা মঙায়রম্মী। ভানুনা চহি তর'হুমদোয় চংলকপনি। থম্মোয়দা মুংশি লৈপরেংনা পুনখ্রে। অনিমক্কীদমক্তা ঈশ্বরগী চরণদা প্রার্থনা তৌবিয়ু। অসুম তৌনা মখোয় মন্দিরদগী হলখিরম্মী।

লবুক্কা কোয়শিনবা লমহাংনি। অকোয়বদা উপাল মচা মচা হৌরি। অপীকপা তুরেল অমনা খুঙং অমু ফাওদুনা চেল্লি। নোংচুপ্পা লাইনিং খুনগী গীর্জা। নোংপোক্কা পাৎকী লৈচিলগা, অতিয়াগী নোংগা অমত্তা ওইখ্রে। খুঙংগী দৃশ্যসি অমুক্তং উখ্রবদি, খুঙংসিদা অমুক হল্লকনি। খুনগী মীশিংনা লমহাং অসিদা সংস্কার তৌই। তেরা উরক্কী ঈচেননা লমহাংসিবু ইংহল্লি।

শরদ—উররোয়, অমুক হন্না উররোয়।

ঋতা—অরোয়বা বীদায় পীরম্লে। অসি হায়দুনা পাখং অদুবু চিংলি।

অরাবা খোঙ্গেন্দু মুঙ্গায়গী ঈচেম্মা পুখি।

শরদ—খুনগী লম্বীনা পুবিখ্রে। মহাক চৎখ্রে। পাখংদুগী পিগী ঈচেলদু মুপী অদুগী কীজিনা হন্ন-হন্না তৈথোকপীরি।

ঋতা—অহাংবা য়ুমদুদা করম্না চংগনি।. মহাক্তি লমহাংসিদা মতোমতা লৈহোরে। অসি হায়দুনা অচোৎপা কীনখো অমা পায়রদুনা তেরা উরক অমু লাম্বোল্লগা মোংকম অদুবু হন্ন-হন্না য়েংদুনা চৎলি।

শরদ—ঈশিং খুজোক-খুজোক চায়থত্তুনা লাউরি, বীদায়-বীদায়! কনাগী মোংকমনো? অরোয়বা মিৎয়েংনা অমুক্তা য়েংবিয়ু। আত্মা শান্তিগীদমক্তা অমুক্তা শোনবিয়ু। মদুদনা মহাক্কী অমরনি। নিপা অসি ইখং-খংহৌদনা নোঙ্গাখ্রবা শরদকী মপা নবনি। মুপী অদুনা মহাক্কী সহধর্মীনি ঋতানি। খুনগী উপালশিংনা, লখী চৎপদা অরাবা পাউ তম্লি। লৈপাক্দা লৈ শাৎখিদ্রে।

লৌমীনা খুঙ্গংবু কাওবা হৌনদে। নংদি খুল থাদোকখিবগা লোয়ননা ঐখোয়বু কাউখ্রগনি। মরক মবক্তা লাক্লুনা খুঙ্গংগী বসন্ত য়াওরো। ঙসি পোৎম্লিবা কবীরৈসে, নংনা লাকপা মঙমদা শাৎকনি। লৈপবেং লেংমিন্নসি মন্দিরদা, কদম্মখোংদা মচুগী মুমিৎ অহু ঙায়দুনা লৈঙ্গরনগে নংবু।

ভাগুনা কপ্প-কপ্প' হায়রবকই—লৈহৌবোকো। অসি হায়দুনা খুঙ্গংগী মমান্নবী পুন্নমক অমমম কৌঙরি। মরক মরক্তা, ঐনা চিঠি থারক্কনি। খুঙ্গংগী পাউস্নু থাবিরকউ।

রঞ্জনী—উমং লাইরেম্বী অসি খুরুম্ম।

ভানু—ইমা অরাপ্পদা লৈবরম্ম, নচাবু কোনশিনবিয়ু। পীক্লবা নচানুপীনি। জীব খুদিংগী শক্তিনি, ইমা নংদি। বব পীবা ঙন্নবী, ইমানি। থম্মোয়দা লৈবিযু নচাগী। অবাপ্পদা কনাগুম্বী অমনা কৌহুনা হি অহু হোনজিল্লক্লি, তোর্ব্বান্দা।

ভানু—লৈহৌবোকো ইতা। ঐগী মিৎকৌ পি অসি নখোয় খুদিংদা পীবন্নবনি অসি হায়দুনা মমান্নবী পুন্নমক অমমম কৌহুনা কায়নরম্মী।

থাবন্না কুপ্পবা অহিংনি। কদম্বখোংদা বাঁশী খোংলি। অমুকম্নু হোৌগত্তুনা উপালশিংছুদা হংলি। অমুকম্নু তোর্ব্বান্দা কবিতা কয়া ইবি। ইংলবা থাবন্না ঈবকশিংগুদা ইন্নং-লংনা য়েন্নী। উপাল খুদিংগী মখোংদা, হন্ন-হন্না কৌরি অরোইবদা কদম্বখোংদা লাক্লগা বাঁশী-অদুনা কদমদা হন্ন-হন্না ফুন্নী। মতুগী খোঞ্জেলনা উমং অচু নীল্লি। অরোইবা মিৎয়েংনা উমং অদুবু য়েংলি। অদুগা তপ্প-তপ্পা হায়রকই—অমুক হন্না লাক্লরোই। ঐগী পুন্সিগী বসন্ত উমং অসিনি। ঐগী পুন্সিগী অরোইবসু উমং অসিনি। অসি হায়দুনা কদম অদুবু হন্ন-হন্না কোল্লি। বাঁশী অদুবু হন্ন-হন্না চুপ্লি। ইপানা বীদায় পীরমলে। ইমাম্নু তুংইনখ্রে। সংসারসি অহাংবনি, মোংফম্নি। খুঙ্গংগী ভানু পীক্লবা লম্বীনা পুবিখ্রে। অমুক লাক্লরোই। অরোয়বা সুমিৎ নত্তনা। হে। কদম ঐগী প্রেমগী সাক্ষীনি। মন্দিরগী মমাংদা কবিতা কয়া থীহনা কপ্লি। অহিং কয়া হোৌখ্রে। কনাগুম্বশিংনা ইতিহাসনা মুংঙাইরী। ফোংদোকত্রিবা কয়ানা উন্নবা মুমিত্তা ফোংদোকনি হায়হনা অন্নাবা কয়া থাংলি।

মুপীমচা অমদি ঋতুগী অওনবগা লোয়ননা মহাকী রাখল হোংখ্রে। খুঙ্গংগী মমান্নবীশিংবু কাউখ্রে। উমংগী লম্বীমচাশিং মমিত্তগী লাপখ্রে। অদুবু কদম্বখোংদা তাখিবা বাঁশীগী খোঞ্জেল্দি, মরক মরক্তা নীঙশিংলি। অদুবু হান্নগুম্না পূক্নিং হুদ্রে। মন্দিরগী মমাংদা লৈপরেং লেঙবদা শাখিবা রান্নী অঙাং ওইরিঙৈগী ইতিহাস ওইখ্রে। অমম্বা অহিংগী মহাদেবগী থোদোক কাউখ্রে। মতম অদু

অমুক হন্না লাক্লরোয়, থল্লক্লে। কালেন ছুটি কয়া চৎখ্রে। চহি কয়া হোৎখ্রে। অতুবু খুঙং অদুদা অমুক উখিজ্রে। খুঙংগী ফজবা অরেম্বনি থল্লক্লে। খুলগী মমান্নবীশিংনা, মহাক্না লাকনি হায়ন্নবা মুমিৎ অদুদা অমগা অমগা কৌনৈ, অতুবু মহাক্তি, মফম অদুদা হল্লক্লে। অমগা অমগা নীঙবা কায়নঙনা কপমিন্নৈ। কনাগুম্বী অমনা হায়রকই—মহাক লাক্লরোই। ঐখোয়বু কাউখ্রে। খুলগী লৈশাবীশিংনা খুঙংগী পুখ্রিদা, উপাল মখোংদা, মন্দিরদা ৱারী শান্নৈ। মহাক লাক্লরোই। খুলগী লাইবুংদা শাখিবা মহাক্কী ফজবা জগোই, ঐখোয়গী থম্মোয়দা কাউজ্রি। মহাক্তি কাউখ্রে। বাসন্তীনা মশম-মনা ইফা-কানা হায়রকই—খুঙংগী পোষ্টমাষ্টর অসি লাক্লে। মহাক্কী খাউদা ইভাগী পাউ পুরকপ্রা হংউ। হয়েংমক মখোয়গী ইমাদা পাউ চেনখিগনি। মদুদা কুন্নকত্রবদি, অমুক হন্না কৌররোই। মফমসিদা মহাক লাকপা মতমদা লোত্তুনা লৈগনি। অমনা অমুক খুমলকই—মহাক্কী খোঙ্গেন্না নংগী নীঙখায়রবা খাংপোক্তা খোংঙাং য়ৈররবদা কররা লোত্তুনা লৈগনি।

মীওইবগী নুংঙাইবদি মহাক্কী য়ুম্নি। করম্না কাউথি? কনাগুম্বী খুঙ্গংগী মুপীমচা অমনা সহরদা—লৈনিংলমদে। অহাংবা লমহাংদা, মনীংতম্না শাম্ননিংই। উমংগী উপাল মরক্তা কোয়না চেননিংই খুঙ্গংগী অচিকপমা মহাক্কী নুংঙায়বা ওইরম্মী। খুঙ্গংগী পুন্সি ওইনিংলম্মী। সহরগী নীলখোংবদা মিংকুপ অমা ফাওবা লৈনিংলমদে। মরম অসিনা মহাক্না খুঙ্গ'দা তোইনা তোইনা লাক্লম্মী। হৌজিক্তি ওনখ্রে, করম্না কাউথি? অহিং অমগী পীক্লবা মিংকুপ অমনা মহাকপু কদম্মখোংদগী কৌথোকখ্রে।

ডিলিপ মণিপুরগী অকাওবা নিপা অমনি। মী পুম্নমক্কী পুক্নিংদা রাখল অমা ফাওম্নি। অদুগা লোয়ননা, মহাক্কী মিংচেৎসু, অয়েক্পা লৈতনা শন্দোক্লম্মী। মহাক রাঙ'বা য়াম্না হৈ। করিগুম্বা অমা ভাংবদা তারীবা পুম্নমক্কী খম্মোয় চিংশিনবা ঙমই। মহাক্কী অঙকপা গুণ অমা লৈ। মহু'দ মীওইবগী পুক্নিংবু লায়না খঙবা ঙম্মী। মহাক্না লৈনবম্ম মীওইবগী অধ্যাত্মিকনি। ধর্ম্মনা মীওইবগী শক্তি থাইদোকই। অপুনবা শক্তি হুম্বহল্লি। পৃথিবীগী সাহিত্য খেন্নরবম্ম লমথুংদি অমত্তনি। প্রেমদস্ম খেন্নবা লৈতে। ঈশ্বরনা জীবশিংবু করিগীদমক্তা শেম্মী। করিগীদমক্তা রাখলগী শক্তি লৈরগা অরাবদা চংলিবনো? অপীকপা জীবশিংগীদি থম্নবগী শক্তি লৈজদে। মরম অদুনা অপীকপা জাতি কয়াগী মপোক্লা মীওইবগী মপোক তানখৎলি। মীওইবগী থাক্লা পুম্নমক্কগী হেল্লি। করিগীদমক্তা, মীওইবনা শাগী পাক্তা হুম্বা পাম্লিবনো, অসিনি। অচুবগীদমক্তা

মহাক্না কিদে। মহুগীদমক্তা অন্নাবা খাঙবা মহাক্না পান্মী। ভারতকী ঋষি বাল্মীকি অমদি ব্যাসকী আদর্শ। বৈদিক সাত্যহিনা ভারতকী মুক্তিনি। ভারতপু মুংশিবা মী অমা ওইগে, হায়রদি বৈদিক সাহিত্য নৈনবনি। মন্দির অমদি তীর্থ দর্শনদা কংলিবা ভক্তি অহুনি, অহানবা লম্বী। বৈদিক সভ্যতানা ভারতকী সভ্যতানি। ভারতকী শেংলবা লোন্নি সংস্কৃত। অতোপ্পদগী খেন্নবশু মসিতনি। মীরৈবাকী সভ্যতাদি ইরৈবাকী য়েক্নবনি। মহাকী পাউতাকসি ভাগুসু মরক-মরক্তা তাবা কংজখি। ডিলিপনা, ঈশ্বর হায়বা কবিতা অমা ভাগুদা তাকপীখি। ভারতকী হিন্দু মুপীশিংগী ইতিহাসসু লীবিখি। মুপীদি মপুরোইবনা দেবতানি। সীতা দেবীনা শ্রীরামচন্দ্রবু ঈশ্বরমক্নি হায়না নীঙই। অসিগুম্বা মপুরোইবা নীঙবী হিন্দু মুপীশিংবু ভারতবাসীনা পূজা তৌনরী। মসি ভারতকী অমরনি। পৃথিবীগী আদর্শনি। অহিং অহুদগী হৌনা ডিলিপনা ভাগুবু পুন্সিগী লোয়নবী ওইগে নীঙখি। ভাগুনসু মহাকপু খনখি। অনিথোক্না উরবসু থম্মোয়দি অমত্তা ওইখ্রে।

ডিলিপ মশক কজবতা নত্তনা থম্মোয়সু ফজরম্মী। মী পুন্নমক্না মহাকপু ঈকায় খুম্নরম্মী। মহাক দর্শন শাস্ত্রগী অকাওবা মীনি। মহাকী মরু ওইবদি সাহিত্য চর্চ্চানি। পৃথিবীগী মসুংদা মহাকী মরুপ্তি লাইরিক্নি। নোংচুপকী শিক্ষিত ওইরবা মী পূমনমক্না মশাগী সাহিত্য অমসুং সমাজবু হুম্বনা য়েংবৈ মরমদি মীরৈবাকী কলচরগী কলনবি। পৃথিবীগী মহাপুরুষশিংগী আদর্শ অহু ইরৈবাকী সংস্কৃতিগী ব্যাখ্যাদা বিজ্ঞানিক ওইহল্লম্মী। অহানবদা ইরৈবাকী ভক্তিনি। ইরৈবাকী শহীদশিংদা পূজা তৌবনি। মসিগা লোয়ননা পৃথিবীগী রাখল থনবনি। মহাকী ব্যাখ্যানা চিংশিল্লম্মী। থম্মোয়গী অওবনা সমাজগী অমদি পৃথিবীগী অহোংবা পুরকদবনি। মণিপুরগী

নহারোল্দি আন্দোলনগী মূর্ত্তি ওইগদবনি। সমাজগী মূর্ত্তিদি, আন্দোলনমা পুরকনি। মণিপুরদি, মণিপুরীশিংগীনি। করম্বা বিপ্লবীগী হিলোসোহিদা চৎকনি। মতুগী সাধনা অতুনি। "ব্রত অতুনি, ঐখোয়গী মুক্তি"। "অপুনবা ভারতনি, ভারতবাসীগী পান্দম। ভানু লাইরিক পাবা পাম্লে। পৃথিবীগী অকাওবা অমা ওইনিংলে। পৃথিবীগী ইতিহাস, খণ্ড নিংলে। পৃথিবীগী সাহিত্য নৈনরক্লে। উমংদা ঋষিশিংনা ধ্যান অমসুং যোগ সাধনা তৌদুনা জ্ঞান তানশিনবগুম ডিলিপকী লাইব্রেরীরুমদা নৈনিংলক্লে। মসিগা লোয়ননা মুক্তি কবিনো? হিন্দুগী অধ্যাত্মিক করিনো? "ধর্ম্মনা মীওইববু মুংশিনহল্লি। "ধর্ম্মনা খেন্নহল্লি"।" ঈশ্বরদি অমতনি, লোম্না খেন্নবনি। জীবগী অর্থ করিনো? মহাক্ন খুদোল অমদগী অমদা শন্দোকরক্লে। তোল্লবা কয়ানা মহাক্কী কোটোদা ইমা হায়না কৌরক্লে। মঙাল কাওরক্লে, মী খুদিংমক্কী থম্মোয়দা। থাংপোক ফাওবা নৈত্রবা চাক্রিবা কয়ানা মহাক্কী মমিং ঈশৈ ওইনা শরুক্লে। খুঙংগী লম্বীদা খোঞ্জেল য়াংনা লাউরক্লে। অমুক্কি ডিলিপনা হরিখাগোক মখোংদা নভেল অমা পারি। নৈনম পুবা মুংশিংনা অতংপা নৈতনা শিংলি।

ভানু—লাইরিক পাবা অসি থর লেপ্পীখো। নোংম-নোংমগী কংশিল্লকপনা, অঙোবা নৈগুম্মা উরক্লে। পুস্তি ভেল্লনি।

ডিল্লিপ—কুইনা হিংবনা পুস্তিবা নত্তে। য়েংউ! অমুক অঙনবদা শাৎলিবা নৈসে, মুংশা মঙান্দা নৈমল চনগ্গনি। মুংশিবদি মীপুম খুদিংদা নৈহোগনি। মিংকুপ অমত্তং হিংলবসু, অমম ওইহোবা, অতুতনি ঐনা পামজবা। মংসু কাউগনু ঐনা নীঙলিবা অসিগুম্না। ইখণ্ড-খণ্ডহোদনা খোঞ্জেল অমা ভারম্মী। হরিখাগোক মখোংদা লম্বোইবী অমনা জগোই শারদুনা ঈশৈ শক্লি। মুপীমচা অমনা ঝুলিদা চেং থর হাপ্লি। ডিলিপসু মনাক্তা শাৎলিবা

কবীরৈদু হেন্ক্রি। ভানুসু কবীরৈদা য়েন্ত্তুনা শাৎলিবা আপরাজিতদু খুজোক থম্না হেক্তুনা ইম্নরক্লি।

ডিলিপ—ইমা! ঈশ্বরদা কৎপীরু।

ভানু—আপরাজিতদু পীরি।

লম্বোইবী—ঈশ্বরনা আশীর্ব্বাদ পীবিসনু।

ভানু অমসুং ডিলিপনা খুরুম্লি।

লম্বোইবী—ঈশৈ শরু-শরুদুনা হরিখাগোক মখোংদগী লম্বীদচা অমগী মতুং ইন্না চৎল্লি।

ভানু—ইমাগী বয় কাউরুসি।

ডিলিপনা বেণু ইমুং চংখিরদু য়েংলগা হায়বকই—থম্মোয়দা লৈবা ঈশ্বরদি অমত্তনি। ঐবু নীঙলিবা মহাকপু কাউরবদি ঈশ্বরনা দণ্ড পীগনি।

ভানু—নংগী খুয়াগী উফুল অদু ঐগী প্রেমগী ঝুলিদা পুল্লি চুপ্পা থমজগে। পীনবিয়ু চরণ থম্বালনা। মপি তরং-তরং চেন্নদুনা ডিলিপকী মখোংদা মশমশিং শম্বুনা কুপ্পি।

ডিলিপ—লুহোংদ্রিবী মুপীনা কপ্পা হৌনদে। অতোপ্পা মীনা উৎগা করি থনখিগনি।

ভানু—অতোপ্পা মীগী মকমদদি, ঐগী মুংশিবসে, ঈকায়ববা কুপশিনবা ওম্মি। নংগুম্বা বয়গী মকমদদি, করম্না লোৎপা ওমলনি।" মন্দিরদা লৈবা ঈশ্বরদা অপাম্বা থাদোক্লগা করম্বা বয় নীগনি।" ঐগী ঈশ্বরদি নংনি। নংগী চরণবা ঐগী স্বর্গনি। নংগী থম্মোয়না ঐগী ইরম্লি। হরিখাগোকমখোংদা কংলবা নংনা ঐগী থম্মোয় থংবিয়ু। মুপীমচা অমা উরক্কা লাক্লম্মী।

ডিলিপ—বেণুমে! মহাক্কী কথবা অপুম্বা থবক্কা কুপথ্রে। সংসারসিগী মনুংদা ময়াইখকখিরী বেণুনি।

ভানু—ইমা-লম্বোইবীনা বয় পীবদা নোকখিবা অদু, নংদি উয়ম্মোয়।

ডিলিপ — খংলত্রা ? ঐনদি পীক্লা উরী। মহাক্কী খোঞ্জেল পীক্লি। মহাক্কী খম্মোয়মু পীক্লি। করিগুম্বা পৃথিবীগী রাখল অমত্তা মমি তারমখিরোই খল্লি। ভান্নুনা বেণুগী মগক খংলম্নে। মহাক নৈশাবী কারে। ঐগী বেণু নৈশাবী কারম্নে। ঐনদি মহাকপু ঙসিমু পীক্লা উরী। মহাক্কী পীক্লবা মচিম্না ইমুং অসি নীল্লি। মহাক্লা বীদায় পীরম্বা মুমিত্তা ঐনা করম্ম নৈহৌগনি। ঐগী বেণু নৈশাবী কাদ্রি। মহাক ঐগী মিত্তা পীক্লি। উমং কাওমুনা মুমিৎ খুদিংগী ঈশিং শোকখিগনি। নৈকোল খুদিং চত্নুনা নৈপরেং লেংলখিনি। মহাক্কী পীক্লবা মচিম্ন ইমা কৌবা ভাদ্রি। অহাংবা অতিম্নাদা য়েংখৎলগা, ইমা নচান্নুপী বেণু ঙসি, নৈশাবী কারম্নে। পাবুং বেণু নৈশাবী কারে। ঙসি মহাক্কী পীক্লবা মচিম্না ইমা পাবুং কৌবা ভাদ্রি। মহাক ঐঙোন্দদি পীক্লি।

ভান্নু — নংন, বেণুবু মুংশিবা অদুগুম্না ঐনস্নু মাবু মুংশি। ঐগী অমত্তা ভায়জরবী, বেণুনি। ডিলিপ কয়া চৎখিগনি। পুরকনি, মতম্না বেণু কয়া, অদুবু নখোয় অনিগী প্রেমগী ইতিহাসতি, পৃথিবীগী য়ুমখোং খুদংদা নৈহৌরগনি। মসিনি মীওইবগী ইতিহাস, অসি হায়দুনা হরিখাগোকমখোও অদুগী বীদায় লৌনরম্মী।

অরেংশুবা পন্দুপ

খুনগী মন্দিরনি। মন্দিরসিবু উবদা, করিগুম্বা অমা কাওরক্কনি। ইতিহাস অমা তারকনি। নিপা অনিগী সাক্ষী ওইদুনা মূর্ত্তি অমনা ভাল্লি। অমদি মন্দিরগী রাশক কাউদুনা চৎখ্রে। অদুবু কনাগুম্বা অমগী থম্মোয়দদি তম্তনা খোঙ্গাং তৈরি। অরোইবা মিংকুপ্পি পুন্সিগী।

ভানু—অহল অদুবু কোল্লদুনা কপ্পি।

চাউবা—নীক্লবা মখুৎনা মচানুপীগী মকোক্তা থম্মগা, বম পীরি। ঐগী তেল্লবা পুন্সিনা কুইনা কোল্লমগে। ইপাবু য়ারোগনু! অসি হংম্লদুনা চিবাল অনিদো লেংলি। মহাক্কী মমিৎ অমম্বনা কুপশিল্লক্লে। অরোইবা মিংকুপ ভায়দুনা লৈখে। খুজ্জা পুম্নমক তিল্লরে। অরোইবা মিংয়েংনা, মপি তরং-তরং শিন্দুনা মহাকপু য়েংলি। কনাগুম্বনা অরাবা কোংদোক্লি। মীওইবগী পুন্সি'দ অসিনি। সংসারসি অরেপ্পা লৈতে। ঐখোয়সি তীর্থ যাত্রিকনি। কা অদু হৌজিক মীচিক মীরাওখোল তাখিত্রে। অতাং অমগী পীক্লবা খোঙ্গেম্না, মরক-মরক্তা নীল্লি। মহাক্কী খোঙ্গেন্দা অহল অদু মমিৎ অমুমুক পাংথোক্লুনা অকোয়বদা য়েংলি। তত্তনা খোঙ্গাং তৈরী "পা-পা" হায়না। অদুগা লোয়নবা চুংশিনবা খোংজিংগী মখোন্না হাংলবা থম্মোয় অদুবু থলহল্লি। অয়ুক্লি, মাইবনা অহল অদুগী খুদাং পায়দুনা য়েংলি। অকোয়বদা লৈবা মীশিংনা মহাক্কী পাউ ভাগদবগী লাংতক্লনা য়েংলি। কীরক খুম্নবী চুপী অমনা মপি তরং-তরং চেল্লদুনা শোঙ্গরী। চৎখ্রগনি! চৎখ্রগনি! ঐখোয়বু

থাদোকখ্রুনা, কনা অমত্তনা শাম্বা ওম্নরোই। ভানু, চন্দ্র থুরম্মো লাও, পৃথিবীগী অয়োইবা মহা বীদায়নি। অয়োয়বা মিৎয়েংনি। কুইররোই থুংং অসি থাদোকখ্রুনা চৎশ্রগনি। অমুক হয়া উয়রোই। নখোয়গা কৌখিবা মিংদো মহাক্কা লোইনশ্রগনি। কুইররোই অয়াবনা কৌররগনি। য়েংউ! ওসিদি পৃথিবী অসি মোংকম ওাক্তা ওইরবনি। মহাক্কী মোংকম অসি ঐখোয় অহম্মা .হম-হম্মা শেংহনা চৎলরগনি। উখোং থুদিংদা ময়ুম ওইরগনি। ঐখোয়গী চংজকম মহাক্কা বীদায় পীরম্লগনি, থাদোক্লম্লনি ঐখোয়। অহল—মমিৎ উইশিনখিবগা লোইননা সংসার অপুম্বা অমম্বনা কুপশ্রে। অহুবু মহাক্কী থম্মোয়দা খোঞ্জেল অমদি মায়ী। উমংগী উপাল মরক্তা থুংশিরবা খোংজিগী মখোলগা লোয়নবা, পা-পা হায়বা খোঞ্জেম্না মহাকপু পুক্লুনা চৎলি। অরোইবা খোংচৎনি। অয়োইবা খোংচৎনি। অয়োইবা খোঞ্জেম্নি। অঙাং অহুগী ধ্যানদা মহাক্কী অয়াবা কোক্লি।

বসন্তগী অমুক্তি, পীক্লবা নৈপান্দা অঙাংবা মপাল শাৎলি। অহল অহুনা অপীকপা নৈপালশিং অহু ঈশিং চাইর্রি। হয়া য়েংলকপদা অঙাং অহুনা কাখৎখিহুনা অঙাংবা নৈ অহু হেক্কদবগী লাম্বা অহু উক্করে। অহল অহুনা অঙাং অহু নৈপান্দগী ভাগদোয়ে চেনশিল্লকপদা, অহল অহুগী মমায় অহু লেকথয়খ্রুনা পুথিগী বীদায় লৌখ্রে।

খুনগী লবুক্তা কোয়শিংবা লমহাংনি। মথক্তা অশংবা অতিয়ানা কুপ্লি। খোঙবাও পাৱী অমগী মখোংদা মোংকম, অমি লৈ খাতুগী লৈশিংনা মোংকমগী অকোয়বদা শাংলি। চাউবা অমম্বুং খাতাগী মোংকল্লি।

কনাগুম্বা অমম্বু লাকুনা, মরূপ অনি অসিগী খোংগুল লীররী। খুল্লাশিংনা মরূপ অহুমগী অরাবা কোংদোক্লি।

রজনী—নখোয় অহুমদি সংসারগী অরাবা কোক্তুনা শান্তি ফংখ্রে।

ভানু—কররা লন্দিরদা, বাবা লৈরমগনি। কররা তীর্থদা উম্বা কংগনি। উররোই। উররোই। ঐগী থম্মোয়তদা লৈরগনি। ভাররোই মাগী খোঙ্গেল, অদুবু ঐগী থম্মোয়দা মাগী খোম্বাংদি পূন্সি চুপ্পা মুংলরোই। অশংবা অতিয়াগী লৈচিল্লা পুদুনা চংখ্রে। ঐগী থম্মোয়দা লৈরিবা মুর্তি অসিদি কনা অমত্তনা পুরা ঙম্লরোই। চহি কয়া চংখিগনি। খাতু কয়া হৌখিনি। ঐগী থম্মোয়গী মুর্তিদি, কুইর-কুইরগা হেনগংলকনি। তুরেলগী ঈচেম্না সমাজগী ইতিহাস পুখিগনি। ঐগী থম্মোয়দি মহাক্কী ঈচেম্না পুবা ঙম্লরোই। মপি তরং-তরং চেম্লহুনা হায়রকই—মকমসি তাম্না লাকপদা বাবাগা লোইনররকই। হনখিবদা মহাক্তি লৈহৌরগনি।

চন্দ্র—ইমা, ঐনা কৌবদা বাবা অমুক খুম্লরোই

ভানু—বাবাদি মকমসিদা লৈহৌরগনি। মংগী পা-পা কৌনিঙায় লৈরোই। বাবাগী মশক নংদি পীক্লিবনা নীঙশিংবা

ঙম্নরোই। নংনা চাওরক্লবা মক্তমদা, ঈচেনা য়ারী লৌবিগনি। বাবাগী মুর্তি য়েকপীগনি। মন্দির খুদিংগী দেবতাদা নংগী বাবাগী লৈফম তাকপিয়্ হংলুস্সি খুসি হায়দুনা মপি শিন্থরি।

রজনী—নংগী য়াহৈশিং অসি তাবদা থম্মোয়, কাইগদোরে, ইমাগী। মাগী আত্মানা চৎথ্রবস্থু পীক্লবা কা অদুগী মমুংদা লেংদনা লৈরগনি। ঐখোয়না মাবু উদবনি। মানা মাংদা লেপ্তুনা লমজিংবিগনি। চুসিদগী মহাক্কি লাই ওইরবনি। লাইনা মীওই বু থক থাদোকপ হৌনদে।

ভানু—মহাক্ শকউদনা লৈরগনি। ঐখোয়বু থাদোক্লোই। কাউদবতনা হিংবনি, বাবা শিদে। পীক্লবা কা মমুংদা বাবা লেপ্তুনা লৈরমগনি। মহাক চন্দ্রগী থোংজ্রি মখোল থাদোক্তুনা, পা-পা কৌবা খুম্নমদনা, কা অস্রি থাদোকপা ঙম্রোই। চন্দ্রগী বাবা অমম্বা কা মমুংদা লোত্তুনা লৈরমগনি। মহাক্কী মুর্তি অদু ঐখোয়গী মিৎনা উবা ঙমদবনি। অমম্বা কা মমুংদা চন্দ্রগী, বাবা লৈরমখিগনি। অদুম তৌনা খুদোনগী মোংফম অদু থাদোক্লমদুনা মমা-মচা অদুম ময়ুমদা হল্লক্নী। অরাবগী অহিংসু অমম্বদা তিনখিরম্মী। পিগী লমন্দা পিনা শিংগনি।

বাসন্তী—পৃথিবীসি মোংফম্নি, ভানু। জীব পুম্নমক হিংগদোরিবনি ইমানা অমম্বা অহিংদা শিখিবা, ইতিহাস অপুম্বা উখোং খুদিংদা লীহুনা অরাবা কাউনখ্রি। হৌজিক্কি অঙাং অমগী মমা ওইরে। মহাক্কী মাইথোংনা পুলশিল্লে। অমুকম্থু ঈকায়জরি, মরমদি নিপা অমগা লৈমিন্নরবী হুপীনি। অদুগীসু মথক্তা ভানু হৌমিন্নরকপীনি। অদুবু মহাক্কি হৌজিকসু লৈশাবী ওইরি।

ভানু—ঈকায়মু! ঈকায়মু! ঐবু ঈকাইবগী মহুত্তা মুংশিরবা নুচাবু, হম্না-হম্না চুপ্পিয়ু। অপাম্না যুথদা হুংশিবা হুপাগী ঙক-ামদা লৈপরেং হুকপা কংলবী হুপীদি লাইবক কবীনি। বাসন্তীগী

য়েক্তকমদি প্রফুল্ল নত্তনা লৈজদে। "প্রফুল্লগীসু বাসন্তীনি" নখোয় অনিগী ইতিহাসনা ঐগী প্রেমগী কবিতা ওইজগে।" মমাগী মাইখোংনা মপাবু পেলহল্লু। অঙাং অদুবু নাল্লগা, মমিং শুগৎলহনা হায়রকই — ঐঙোন্দসু ইমা কৌ ইবুংঙো।

বাসন্তী — লৈশাবীদা ইমা, কৌবা হৌনদে। অঙাং অদুনা মমাগী তম্পাক্তা চোংলি। নংসু নোংমদি মমা অমা ওইবা শোইত্রবনি। লাইবক কবা মাগী মুমিৎ অদু ঙায়রিবনি। কুইররোই লাক্লগনি, মতম অদুদা খঙগনি অরেপ্পা। কাউরব্রা, মহাকী বাঁশী। কদম্মখোংদা তাখিদবা কুইরে। কদম্মপান্দি শাংলি, বসন্তগী ঈশৈদি তাখিদ্রে। মকম কদাইদা লৈবগে হায়বা কনামত্তনা খঙনখিদ্রে।

ভানু — মহাক্না থাদোক্লবী তোল্লবীনি। চংজকম লৈত্রবী ঐনি। মীওইবগী রাখন্দি মত্তমগী মতুং ইন্না ওল্লি। মহাক ঐগী অঙাং ওইবিঙৈগী মরুপ্নি। কদম পাম্বীনা সাক্কীনি। পীরুবা উমংগী লম্বীমচাশিংদা, মহাক্না কৌবা তারি। মহাক্তি চৎখ্রে। ঐনদি মহাকপু থীরি খুঙ্গংদা ভুরেল কয়াগী তোর্ব্বানদা। খুনগী উপাল মখোংদা মহাকী য়ারী নখোয় খুদিংদা শারগা মুংঙায়রম্মী। ভগিসু মহাদেবগী মোইবুং খোঙ্লেল তারি। অশাংপা লৈ খুজোক থন্না পাইত্তনা প্রার্থনা কৎখিবা ভগিসু কাউদ্রি। মহাক্না ঐবু অমম্বা অহিংগী উমংদা থাদোকপিরম্নে। ঐত্তনা মুংশিরুবনি। মহাক্তি চৎখ্রে। অদুবু অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ অদুদি, অমুক হন্না কাউররোই।

বাসন্তী—কাউরব্রা? গোপেশ্বরগী মন্দিরদা নংবু শিন্দুর নমখিবা "খুঙংগী ভানুবু কদম্মখোংগী শরদনা কাউরোই।" মীওইবগী রাখনদি মীওইবনা খঙকম্ব থোকই। পৃথিবী অসিদা ভানুগী রাখল শরদত্তনা খঙগনি। লৈগী লৈনম মুংশিত্তনা থংই। ভানুগী মরুপ্তি শরদনি। অদুবু ঈশ্বরনা বরদি, ভোঙায়া পীরব্রা? অমনা অমবু

কাউবা ওয়োয়। লাপ্প-লাপ্পগা থুংশিনবা হেলগনি। নখোয় অনিদি খুন্নংগী ইতিহাসনি। পৃথিবীগী উমং খুদিংদা, খুঙ্গং খুদিংদা লৈহৌরগনি। মতমুনা পুম্নমক্তু, ইতিহাসতি লৈহৌরগনি। অহিংগী ঈশৈ ওইহৌরগনি। ভানু খুলসিনা লৈরিবমখৈদি নংগী কজমক্তু উপাল মরক অসিদা পোত্তুনা লৈরগনি। নংগী ইতিহাসনা খুন্নংগী বসন্তনি।

মতম অহুদা, খুদোনগী তেরাপাখীদা লমখুম্বনা পোংলি। অয়াপ্পদা কনাগুম্বা অমনা তেরামখোং তম্না হি অহু হোলজিল্লক্লি। মুপী অনি অদুনা হিংহোনবা অহুবু য়েংলি।

বাসন্তী—মহাক লাক্লে!

হিংহোনবা—মুপী অনি অদুবু তেরামখোংদা হেক উবদা গোপেশ্বরগী ইতিহাস অপুন্বা নীঙশিংলক্লে। ঈয়াইদা হন্ন-হন্না কৌরক্লে ভানু! ভানু! বাসন্তী খুঙ্গংদগী করম্না হলগনি! লৈপক্লেংগী কবিতা হন্ন হন্না খিন্নরগনি। গোপেশ্বরগী ইতিহাসতা, নং করম্না থাংগনি।

ভানু—ঈকায়বা পীবরগনি, ঐ চংহৌবগে?

বাসন্তী—করম্না ঙমগনি, ঐনা।

প্রফুল্ল—কাউরব্রা মন্দিরগী ইতিহাস? মহাক নংগীদমক্তা খুঙ্গং থাদোকখ্রবনি। কুইরয়োই লাক্লগনি! ভানু—মতম অমদদি, ইতা নংনা ঐগী ইহুংশিন্দুনা, পাউখুম পীখি। ঙসিদি ঐগী ইকায়বদা, নংনা তেংবাংলি। লৈমিন্নরবক্তু মুপীনা মুপীগী মিচঙ চঙ্গদবনি।

বাসন্তী—হিংহোনবগী য় হৈদি, মন্ত্রনি নঙগী।

ভানু—ঐ খুঙ্গংগী মরুপ্নি, অদুবু ঙসিদি প্রফুল্লগী হকচাং ওইরে। অসি হায়হুনা নোকমিন্নরি।

দুম্বিংকী মতাম্ভা লমহাং অহু কুপ্পা হৌরক্লে। তেরাপাম্বীদা খোংদগা লমথুরম্বিংদু থুলক্তা চাক্তাগদবগী শহু-শহু পাম্বখরে।

ভানু—ইভা বাসন্তী নংদি য়েচ্চকম উপাল কংলবী উম্বিনি! মহাকপু থাদোকম্ব। পীরবা অতাংসে, নখোয়গী পপুনবা প্রেমনি। মহাক্কী মাইখোংদা নখোয়গী শাম্বিনি। পুন্সিবা ঈশ্বরনা পীবিসর! অসি হায়দুনা পীরবা মমাই অহু নানবিরি। ইতা! অতোপ্পসগী মমিং ঐ খোম্বগে। ওসিদগী মহাক্কী মমিং প্রেম কৌরসি। লৈহৌ-রোকো প্রেম, ইমা পাবুংগা দোইননা। য়েংউ! ইভা প্রেমসি, মপা মাম্বা?

বাসন্তী—অতোংদি, মপা-মমাগী মশক্নি।

ভানু—লৈহৌরোকো, অসি হায়দুনা তেরামখোং অহু হম্ম হম্মা য়েংদুনা চংলি।

প্রফুল্ল—অদুকী লীক্লানা চাম্বা লৈগুম কয়াদা শেংবগা থম্মোয়নো? থুনসিগী মন্থংদা অতাংবনি। হৌরবা পুন্সিদম্ব উথিত্রি। লাকদোক্লিবা পুন্সিদম্ব উররোয়। করম্বা ঈশ্বরগী থুংশেল্লা, থুংংসিদা পোক্লম্বিবনো?

বাসন্তী—করবদা য়োংফম ওইবা মীওইবনা, মহাকপু, করম্বা কাউপবা। মহিংগী থাবলওম্বী মাইথোংসে, পীরবা লৈহৌসিনা পুদুনা চৎখ্রে।

শান্তিবা লৈগী হুংশিবা, লৈনম লৈপাক্না কোংদোক্তবগুম ক্লোংদোক্তবা, মীওইবগী থম্মোয়দসু থঙলক্লোয়।

লুখোক্তুরী অমনা কদম্মথোংদা বন পীথিবা অদু কাউথিরব্র ? মহাক্কী ঈশৈ অদু অমুক্তা, নীংশিংজিয়ু। উপাল মথোংগী মল্লবা য়ুরি। পীরুবা কা অমগী মরুংদা কোটো অমা পূজা তৌরি।

ডিলিপ—বেণু। নংদি ইমানা নুনা তৌথিনি। নংগী পীরুবা নচিন্নু পহনা ইমাবু কো। ডাম্মু নংসু বেণুগী খোংজেলগা লে ইননা ইমাবু থুরক্লো। ডাবুগী থুরাং পাইরগা কোটোহ্‌দা হায়রকই—বেণুগী মনম্মা, ইমাগী অম্রত্তা ওাইরবীনি।

বেণু—ইমা। নচাম্নুপী বেণুবু কাউরব্রা ? ইমা ইনম্মং ওন্নেং-লাউ। অমগুদা করিগী লোত্তনা লৈরী। তামো। ইমানা ঐবু কৌজে। ঐগী মিংকী পিনা ইমাবু কাওহনবা ঙমদ্রে।

ডিলিপ—বেণুগী পুক্কিং থঙলে। মমা নীংবী মচনগী মবুং ওইবা, লাইবক কবনি। ঐথোয়না ইমাবু—মীরাইরকপনা, ইমাগী সেবা হংদবনি। মন্দিরু থুদিংদা ইমাবু থিরুসি, বেণু। ভীর্থ থুদিংদা হংলুসি। হুমথোং থুদিংদা ইমাগী ইতিহাসতি লৈরি। ঐথোয়গী মিংকী পীবা ইমাগী সেবানি। ইমাগী পূজানি। কো। লক্তংপা লৈজনা ঈমা থুক্কিং চংহনা। শুরুক্তু ইমাগী ঈশৈ, ইমা ইমা। হায়বা। পৃথিবীদা বেণুগী মমা বেণুজনা থংকম থোকই। তাক্কী মথোক অায়বা য়ুগপায়বনি।

ভাম্বু—কমল্লথো। নাকী মিংকী পি অমদি থম্মোয় কায়রগা য়ুহে। পাইবা লৈটবকী, থরাম্নিহাক্কী রক্তদা ইমানা তারম্মংনি।

অমুক চুংশিরবা য়াহৈশিং অসি, নংগী পীক্লবা থম্মোয়দা করম্না লোত্তুনা থনম্লি। ইমা চৎখ্রবস্নু, ঐ লাক্লবনি। এনা অমুক হন্না থাদোক্লরোই। চুপী খুদিংমক ইমানি, কাউরোইদবনি মথোই খুদিংমক্কী গুণ অমু ইমাগী শক্তিনি। অসি হায়দুনা, কোটোম্বদা লৈ খুজোক-খুজোক কৎলি।

কনাগুম্বা অমগী ইতিহাস, খুদংগী বসন্তনা হংলি। তুরেনগী ঈচেম্না খুদংগী চুপীমচাশিংদা, তত্তনা হংলি। মহাক্কী খুদংনি। মহাক্কী উমংনি। "বসন্তগী লৈদি শাংলি, অমুবু বসন্তগী ঈশৈদি তাখিদ্রে।" তুরেনগী তোর্ববান্দা থোঙ্গুল পরেং-পরেং তারি। অমম্বা অহিংগী বাঁশী থোঙ্গেল তাখিদ্রে। খুদংগী লম্বীমচাশিংনা, য়েংলি। চুপীমচাশিংনা থাট্ট কৌরি, "ভানু—শরদ হায়না। অমুক্কী চুংশানা কুপ্পনা. খুদংগী লম্বীনি। লৈনম পুবা চুংশিংনা উপাল মথোংদা পোম্থারি। লীক্লানা চামলবা অমুক্কী লৈনা বসন্তগী চুংশিংপু উনামরক্কা ওক্লি। উমংদা বাঁশীগী থোঙ্গেল অমা তারি। মহাক্কী বাঁশীনা অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ অমবু কৌরি। অরোইবা থোঙ্গেল্লি। মম্নিং উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরি। রাখলগী মূর্ত্তি অমু মমাংদা উরক্লে। খুদংদা থুংলবগী অহানবা চুমিংনি। লৈথিব্রবা অহলশিংগী মোংকম অদুবু খুরুমলম্লগা, কদম্বথোংদা লাকুনা পোম্থারি। নপ্বো অমম্নু কদম্বথোংদা থমলি। অমুমুক উমংগী লম্বীশিং অদু য়েংলি। কবিগুণদা কদমদা কাখত্তুনা বাঁশী থোংলি। মহাক্কী রাখলগী মূর্ত্তি অদুনা উমংগী উপাল খুদিংগী মথোংদা ঈশৈ তারিবোই শীঙলি। ইতিহাসনা কনবা ঙমলরোই। ইতিহাসনা অরোইবা লম্বী পুরক্লগনি।

মন্দিরগী মমাংদা চুপা অমগা, চুপী অমগম্না নুংপাক্তা ইরিবশিং অমু পারী। ভাম্নুনা ইতিহাসকী ব্যাখ্যা তৌরি।

ডিলিপ—যুগ কয়াগী উপালশিংনা ইতিহাস ওইরি। কনাগুম্বা অমগী দৃশ্যসি য়েংউ। কদম্বথোংদা ধ্যান তৌরি। বাঁশী থোংলি,

লৈপান্দা হুংলি। তোর্বানগী লৈঙোইদা, কবিতা কয়া ইরি। মতোমতা লীরী, মতোমতা তারী।

শরদ—ঐনদি কোৎবা লাক্লি। মহাক্তি চৎখ্রে। ঐদি খুন্‌গী লৌমীনি। অচৌবা সমাজগী মীনি। প্রকৃতিগী অওনবনা ঐগী অচৌবা রাখল্লি। ইতিহাসনা মীনম্লে।

"পৃথিবীদা অচুম্বা কদায়দা লৈ? প্রেমনা প্রেমবু মীনম্লে কদম্মখোংগী থাজবা অপীকপা মিৎয়েংলা নত্রগা সত্য সমাজগী অওনবরা? করম্বদা থাজবা থমগনি। খুন্‌গী ট্রেডিসননা থাজবা তম্বীরম্মী। খুন্‌গী সমাজনা মুক্তিনি। "খুন্‌সিগী দেবতামক্না ঐবু মীনমলে। "মীনা মীবু মীনম্লবদা, ঈশ্বরনম্ম সাক্ষী ওইরি"। করম্বা আদর্শনা পূন্সিগী মুক্তিনো? সমাজগী প্রিন্সিপল কয়িনো? ট্রেডিসন ওাকপনা প্রিন্সিপল ওইরবদি, প্রেমগী লমল প্রেমনা শিংগদবনি। অওনবনা অহোংবনি, জীবশিংগী মুক্তিগীদমক্তা, অওনবা পাম্লিবনি। প্রেমদি, ঈশ্বরগী শক্তিনি। জীবশিংগী থম্মোয়দা শাংকায়রকই—কনা'মত্তনা থিংবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী শক্তিসিবু জীবনা মশাগী শক্তি ওইনা শিজিন্নরী। মহাক্না খোঙ্গো রাখল্লা চিকপা হোৎরক্লে। অওনবা অমা লাক্লে। পৃথিবীগী খোজেল পুম্মক তারক্লে। তুরেনগী ঈথক্না লাউরক্লে। হে মুপা নঙগী মোংকমদদি, ঈথক অসিনি। উমংগী উপালশিংনা অমুক হায়রকই—তোর্বনসি নঙগী মোংকম্নি। অরাবা দৃশ্যদা উচেকশিংনা কপ্পক্লে। লৈপান্দা লৈ শাৎথিদ্রে। খুন্‌গী মুপীশিংনা ঈশিং শোকখিদ্রে ঘাট্ট। লৌমীগী ঈশে তাখিদ্রে লবুক্তা। খুন্‌গী দৃশ্য অরাবগী ইতিহাসনি।

ভানু—মন্দিরসি ইতিহাস কয়াগী সাক্ষীনি। কদম পাম্বী অসি ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ্নি। খুন্‌ অসি ঐগী পূন্সিগী

ইতিহাসনি। চীংথক্তা উরিবা অসি গোপেশ্বরগী মন্দিরনি। উমংগী লাইরেম্বী খুঙ্গংসিগী মমানি। মুংপাক্তা ইরিবা অসি পাবিয়ু। তোর্বানগী খুদমশিং অসি য়েংবিয়ু, পুন্নমকী মথক্তা খুঙ্গংগী দৃশ্যনি।

শরদ—কদম্বখোংগী ভান্নুনি, গোপেশ্বর মন্দিরগী ভান্নুনি। ভান্নু হায়না অমুক্তং কৌরমলগা উঙংদা চেলশিনখ্রে।

ডিলিপ কিজিক্ষিয়াননি। ফিলোসোফর অমম্থু ওইরম্মী। বৈদিক সাহিত্যগী অধ্যাত্মিক নৈনরম্মী। পৃথিবিগী সাহিত্য কয়াগী ইতিহাস পাখি। খুন্নংগী অরিবা পোৎ পুম্নমক থিজিলখি। তোল্লবগী সেবানা মহাক্না মুক্তিনি। জীবশিংগীদমক্তা অচুম্বা থিবনি। মহাক্না হকচাংগী মরমদা লাইরিক কয়া শন্দোক্লম্মী। মসিনা মঙাল অমা পুবক্লম্মী। মতম পুম্নমক্তা জীবন্থু নুংশিবনি। মী পুম্নমক্না উন্নবা লাকই। মহাক্না হায়বম্মী—"মীওইবদা খেন্নবা লৈতে, কোক্কদা খেন্নবনি"। করিগুম্বা অংদা থাজবা থমজ্রবদি, মীওইবনা সভ্য ওইবা ঙমদে। "থবক্তা পুন্সিনি, থবক্তা অমরনি"। ঈশ্বরগী মূর্ত্তি কনা'মত্তা লেপ্পা ঙমলোই। সাহিত্য কয়াগী ব্যাখ্যানা তাক্লি। "অহিংসাতনা পুক্লিং শেংদোক্কনি"। হিন্দুগী উপনিষটনা ব্যাখ্যা তৌরিবা ঈশ্বরগী মূর্ত্তিদু অরাইবদা হন্দোক্লম্মী।

লাইনিং খুনগী চর্চ্চতা যিশুগী রাবী কয়া লীতনা তাহলখি। পৃথিবিসি যিশুগী মঙাল্লা হিংলিবনি। মীনা ঙম্বা থবক মীনা তৌগদবনি। মহাক্না লাইনিং খুলগী কবুইশিংদু ঈশিংখোংদা পুবম্মী। পাইখোলুগী ঈশৈগী অর্থ হন্দোক্তুনা হায়বকই—"ঈশিংখোঙদগী চেম্বকইবা ঈশিংসি যিশুদগীনি।"

মহাক ঋষিগুম্বা উরম্মি। পোলিটিক্সিয়ান অমগুম্বা রাঙাংবা হৈ। তোঙাল-তোঙানবা বিষয়গী পণ্ডিতশিংনা মাবু উন্নবা লাক্লম্মী। মহাক নোংপোক-নোংচুপ অনিগী দার্শনিকনি। মহাক্না ব্যাখ্যানা করিগুম্বা থরদি কোকহলবা ঙমই। অয়ুক্না শেংই, মহাক্না মাইখোং।

রবী—ডিলিপকী মরুপ্নি, কলেজ অমত্তগী ছাত্রনি। অতাং ওইরিভৈদগী তিন্নরকপনি। মহাক্তি উকিলনি। ডিলিপপু উবদা নীরুবা খোঞ্জেন্না ডিলিপ হায়না কোল্লি।

ডিলিপ—রবী ঐ লাক্লে, পুন্নমকপু উন্নবা। ইচল কুসুমদি কয়াম চাউরে? ইমা পাবুংদা ভদ্বীয়ু। খুরুমজবা লাকনি। অহুগা কুসুমসু উন্নরগনি। রবী—কুসুম অমুক হন্না উন্নবা কংলরোই। কিগলবী, নচন্দা অমম্বা অহিংদা মতোমতা চংখ্রে। উমংদা নংবু চোয়রমগনি। মন্দিরগী দেবতাশিংদা নংবু হংলমগনি। তীর্থ খুদিংদা নহাকপু থিরগগনি। "শজিবুগী কৈথেল্দা, নংগীদমক্তা লৈপরেং য়োল্লমগনি।"

ডিলিপ—কুসুমগী লম্বীদা পুন্নমক চংখিগনি। জীব পুন্নমকসি, অমম অঙাল অনিগী অরোইবদা তিন্নখিগনি। মসিগীদমক্তা কয়ানা চংকিবা শারি। খরনা নিংখোরেল ওইরি। লম্বীদি অমত্তনি। রবী নংগী ব্যাখ্যানা ঐগী অমম্বা কোক্লে। অচুবু রাহং অমনা ভত্তনা হংল্লি। কদাইদা চংলুই।

ডিলিপ—পৃথিবীগী মন্দির কয়াদা চংলুরে। পণ্ডিত কয়া উন্নরগ। সাধু কয়াগী ব্যাখ্যা তাক্নরে সংসার অসি অহাংবনি। কম্নিশুম্বা অমত্তা অরেপ্পা লৈতে। মুংশিবসু চংখিগনি, অরাবসু চংখিগনি। মসি অওনবনি। ত্যাগপুদি কর্মনা হেল্লি। ধর্ম্ম কয়াগী কীজেৎ শেত্তুনা পৃথিবী কোইরুরে।

রবী—শাংকাইরকইবা আত্মাগী অচুম্বনি।

ডিলিপ—পুন্সি অসি অরেপ্পা নত্তে। মহাপুরুষশিংগী ইতিহাস অসি লধীনি। পুন্সিগী অচুম্বা অন্দুনি, ঐগী এক্সপরিয়েন্স।

রবী—ডিলিপনা বেণুবু কয়াম কুইনা থাদোকপা ঙমগনি। মংগী খোঞ্জেল্দি যুগকী বাণীনি। ত্যাগকী মুর্তিনি, যুগকী অবতারনি। বিশ্ব-শান্তিগী শিং প্রেমনি। মীওইবগী মিংনা ব্যাখ্যা তৌবা ঙমলরোই। ঋষিনি, মতমগী মপুংফারবা যুগকী সাধকনি।

## তরামাখোইশুবা পন্দুপ

মণিপুরগী ইতিহাসতি পৃথিবীগী ইতিহাসতা খণ্ডলরোই। কালাগী ইতিহাসতি পৃথিবীনা সাক্ষী ওইগনি। চীংনা কোইশিনবা তম্পাক্নি। পীরুবা খুঙ্গংশিংদা লোমগী ইতিহাসনা চণ্ডদুনা লৈরি। মণিপুরগী মণিপুবী যুগ কয়াগী ইতিহাসনা সাক্ষী ওইখিগনি। তুরেল কয়ানা তম্পাক তম্না চেম্বী। চীংলৈবাক্তী কঙবগা তম্পাক্তী কঙবগা অরাপ্পদা থিন্নবি। খেল কয়াগী ইতিহাস তাগদবগীদমক্তা খুঙ্গংগী মুপীশিংনা তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা লৈরি। চীংলৈবাক্তী মুংশিবা ঈশৈশমু খুঙ্গংগী মুপীশিংদসু কাওবি। চীংমীশিংনা ছম পরেং পুদুনা কুমলকলি। মুমিদাংরাইবমদা, তম্পাক্তী ইতিহাস পুদুনা অমুক হনল্লি। চীংলম্বীগী পস্থংদি তম্পাক্নি। অরাংবা চীংদোল মখোইগী য়ুম্নি। উক্তাওমখোং পোত্থাফম থেম্নি। মসি য়োম্নকপদা তম্পাকপু হম্না অমুক্তং য়েংথরক্লবদি তমগী ফজবা কাওগনি। ঈশিংখোংগী মুংশিংনা হুম্বদা অরাবা কোকচরি। মুঙ্গাইগী ঈশিং খুজোক থল্লা থকচরি। মুমিদাংরোইরম্নি অতিয়া নোংনো কুপ্লি। শজিবুগী খোংগমেল্লৈসু অরাংবা উপান্দা শাংলি।

রবী—কবিতা কয়া থিদুনা, লৈ হেক্লি। হাওকিবশিংনা পাম য়াল্লি। তম্পাক্তী দৃশ্য য়েংলিঙৈদা মতম থর হৌখিরম্মী। নোংগী খোক্লেংগা লোইননা নোংথাং কুপ্লক্লে। অকনবা মুংশিংনা উরক্তী লম্বীদা শিংপা হৌরক্লে। চীদোলগী নোংনি। মাংগীনা চেনখংখ্রে, তুংগীনা চেম্বা হৌরক্লে। পামগী লৌশঙনি। শজিবুগী দৃশ্যনি, থাংজ মুমিংকী মুংশিংনি। লেম্না পাম অহু কুপ্লি।

নীংথাইরবা লৌশংনি, পীক্লবা রাগী কম্পাক অমা মোংপোক্তা লৈরম্মী। পুন্সিগী ইতিহাসতা মসি অহানবা থুদোংথিবনি।

রবী—করম তৌরমগনি, চেনথংখিশিংদো?

ডিলিপ—লৌশং অমা লৈবে লাউরম্মী। নোং হাংলবদি য়েংলুসি। অসি হায়রম্মগা মৈ হৌগৎলম্মী। মতমসিদা কনাগুম্বী অমা চেল্‌শিল্লক্লম্মী।

রবী—ঈচল কদাই চৎলুই। কজবা অপুম্বা নোংনা চামথোকখ্রে।

মুপী—পামদা, অসি হায়বম্মগা; নীক্লবা মশা অদু মৈ য়াইরম্মী। মৈতৈ ইপা মুংঙাইরে। ঙায়হাক লৈরগা মুপা অমগা লৈশাবী অমগা চেলসিল্লকই। "হুম অদু থম্মগা মৈ তিক্লম্মী। মুপা অদু শেগাইবা ফীমল অমা শেৎলম্মী। ঐথোয়বু উবদা ঈকায়রম্মী।

ডিলিপ—করি লাইরিকনো?

মুপা—বাইবলনি।

ডিলিপ—কদাই চৎলুই?

মুপা—পামদা অকনবা মুশিংনা হুম অদু হুমদোক্লম্মী।

মুপা—লোক্তা পাইথঙ্খবসু কুমগদবনি। মুমিৎ, ডাক্রে, নোংসু লেপ্পনা চুরি।

ডিলিপ—মীতৈ থেংনরমব্রা?

মুপা—থেংনরম্মী, মথোয়দি চোৎহৌরে।

ববী—হম্বরক্লমলবদি, লৌশংসিদা থুপকদবনি।

ডিলিপ—থুল কদাইদ লৈ?

মুপা—খেল মচা অমদা তয়াল থুল লৈবনি।

রবী—কয়াম লাপ্পি?

মুপা—লম্বীমচা অসিগী মতুংইন্না চৎথো। অতোপ্পদা ঈশিং কংলোই।

রবী—অহুদি নং থরা তাক্লম্মু।

মুপা—ঐখোয়গী খুলন্নু তাম্মী। মুমিৎন্নু থেংন্নে, লম্বৌসি, খুল অদুগী নি।

রবী—নংগী মিংদি করি কৌই।

মুপা—লোংখুথং।

রবী—করি জাৎনো ?

লোংখুথং—হাওকিবনি।

ডিলিপ—ইচলগী মিংদি।

নৈশাবী—হোইন্নু।

ডিলিপ—ঐস্নু, হাওকিবকী ম্নায়ী থঙই। অসি হ'ম্নরমলগা, হাওকিব অমস্নুং কিপজেলগী ম্নায়ী লীব হৌরক্লে।

রবী—মমশিল্লক্লে। মাংগীগা থম্নহৌসি। অসি হায়রমলগা লৌশংদগী চংখ্রে।

রবী মী পীকই, মশা পাই ; মকোক ভাংই। অচুবা চৎপা মীনি। অদুগা ভাংথোকম্নপগদি খেন্নৈ। হিন্দু ধর্ম্মবু থাজবা, নোংচুপকী শিক্ষা কংলবা মীনি। লৌশংদা তিম্নরে। হাওকিবশিংস্নু মথুল তমখ্রে। রবী—তম্নাল খুল থিরুবে। খুল্লাকপন্নু উন্নরুরে। নৈবা য়ারগনি।

খরনা হায়রকই—পন্থোং লোম্লি নামুংবা ওইরমলবদি।

রবী—করিন্নু তৌরেই, অসি হায়চনা তম্নাল লম্বী অদু মহাক্লা চিংলি।

ডিলিপ—মম্নবা অহিংনি, হাওকিব অমদা ঈশিংখোং চংলম্মী। লম্বীমচা অমগী মতুংইন্না চৎলগা উমংনা কুপ্পবা লোকমচা অমদগী শিংকাপ তথাইদা ঈশিং অদু তায়ম্মী। অমস্নদা মুপী অনিথকন্নু ঈশিংখোংদা কী গুরম্মী। ইচল ঈশিং থজিক্তা শোক্লে ?

মুপী—মহাকী উগী খুদেং অদু লৌথোকখিরম্মী। অম্নুম্না হুম্নরুম্মী।

তয়াল খুল্লাকপহ্ন শোল্লমলে। খুল্লাকপী লৈরমত্রে। অহুবু পাক্লল কল্লহ্নগী খুদমদি ফাওরি। মহাক মী রাংই, মমাই কোয়দানৈ। মমিৎ খুরপ তৌই। অঙৌবা কোইনা মমাইহু কুপ্লি। অমুবা ফী শেৎলি।

খুল্লাকপা—তয়াল খুলগী কৈবুন্দা শা কাবা মুমিৎ খুদিংগী চৎলম্মী। শা কাবা চৎপগী খুদোংথিবশিং অহু অহিং অহুদা মহাক্লা লীরম্মী।

নোংঙাল্লমদাইগী উচেক খোংলক্লে। অহিংবা মুংশিং শিংলক্লে। তয়াল খুল্লি, চীংনা কোইশিনবা থেল্লি। লোকী লৈচিল্লা চীংদোল অহু কুপ্লি। থাশিরমদাইগী থাবল্লা তয়াল খুলবুস্ত তাক্লি। পীক্লবা খুল্লি। লম্বীমচা অমনা খুলসিবু তাক্লি।

ভিলিপ অমস্তুং ভানুস্থ অহিংগী দৃশ্য অস্ত য়েংলি। রবী অহিং খুদিং তয়াল খুলগী ফজবসি, ঐখোয়দি উদ্রিবনি। বসন্তগী থাবল কয়ানা তয়াল খুলবু কুপলমগনি শক্তিবুগী লৈনম পুবা মুংশিংস্ত শিংলি। কুমগী নোংনা হাওকিবশিংগী মহৈমরোং পীরমগনি। হাওকিবকী ইতিহাস কয়া থেলশিংসিদা লৈরিবনি। অস্তবু মীওইবনা খংবদি, নিংথৌশিংগী ইতিহাসতনি।

যাত্রিক কয়াগী খোঞ্জেল তারক্লে, নোংঙাল্লমদাইগী লম্বীদা। খুল্লাকপা বীদায় পীরম্লে। অঙম্বা চীংলম্বীদা অমুক কাখৎপা হৌরক্লে। থেল খুদিংগী তম্পাকী দৃশ্য অমুমুক য়েংলি।

মালা—লৈপোল্লাং অমা পায়স্তনা লেপ্লি। মহাক ভানুগী মরুপ্লি।

ভানু—ঈশ্বরগী খুভম য়ৌরনি।

মালা—অরাবা কোক্লগনি। লম্বীগী ইতিহাসসি, ঈশ্বরদা লীক্লসি।" ঈশ্বরদি পূম্নমক খঙবনি।

অরাপ্পদা হি অমদা কীমু শেৎপা খর মন্দির তম্না হোল্লক্লি। খরনা অমুক হোল্লি। খরনা অমুক পোথারি। চীংদোলগী যাত্রিশিং

অহুনা য়েংলি। অহুবু নৌ অহুনা করিগুম্বা অমা য়েংনবগী খুদম কাওরি। মুপা অমনা শরুপোল্লাং অমা পুখৎলম্মী। অহানবা হিহোনবা অহুনা য়েংলি। তোর্ব্বালগী যাত্রিকশিংনা কোয়শিনবা হৌরক্লে। য়ারী অদু চীংদোল য়ৌরক্লে। মণিপুর ইতিহাসকী অওনবা যুগনি। অহিংদা মী কয়া হাৎলমলে। খুঙ্গংগী মী পুম্নমক কিরম্মী। সহরদস্মু ইতিহাস কয়া থোক্লম্মী। মণিপুরগী অকোয়বদা লাল মচা-মচা হৌরম্মী। সিং আরঃ পিশিংনা মণিপুরগী অম্পাক অমস্মুং চীংদোন্দা লৈরম্মী। ইতিহাসকী অঙকপা যুগনি।

অহল অমনা মন্দিরগী মমাংদা ঈশ্বরগী মিং নীক্লবা খোঞ্জেলা শোল্লযদগী হায়রকই — শোইরোই! শোইরোই! মচানুপী উন্নবা লাকপা মুপা অদু। যাত্রিকশিংনা অমগা-অমগা হায়নরক্লে। মহাত্মা অমগী শরুপোল্লাং ওইরমগনি।

অহল অহুনা অমুক হায়রকই —

অহিং অমগী ইতিহাসনি। সহরদা লৈবা মীনি। তুরেল অমগী তোর্ব্বান্দা হিহোনবা ভায়রম্মী। অমম্বা অহিংনি, ঈপাক্তা ঐখোয় অনিস্মু হিহোন্দুনা লাক্লম্মী। ঐবুস্মু খরা পুবিয়ু, মহাকী অশোংবা য়াহৈনা ঐখোয়স্মু চিংনবা কোক্লম্মী। হি অদুদা তোংলম্মী। অকনবা নুংশিৎ শিৎপা হৌরক্লে। ঈথক-ঈপোয়া তোর্ব্বান্দা থেংবগী খোঞ্জেল ভারক্লে। উমংগী উচেক পুম্নমক অকিবা খোঞ্জেলা খোংলক্লে। ঐখোয়গী পুন্সিদা অহুগুম্বা খুদোংথিবা অদু অমুক্তা থোকথিদ্রি। হি মথক মথা ওনথি। ঐখোয়দি হিবাল পাইদুনা হিংহৌরে। মহাক্তি অমুক হন্না কাওগৎলক্লে। অমম্বা ঈপাক্তা হন্না হন্না কৌরম্মী। করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা ফংথিদ্রে।

মহাক ঈশ্বরগী শক্তি লৈবা মীওইনি। মিৎকুপ খরগী মতুংদা পৃথিবীসি থাবম্না কুপ্লম্মী। নুংশিবা লৈনম পুবা মুংশিৎ শিৎলম্মী।

ঐখোয় অনি কিবনা অমনা, অমবু অহল অহু ওইরবোই নীংলন্বী। অস্থুম্না য়ারী শারিডৈসিদা হিগী কাংবু অদু উথিল্লে।

কনাগুম্বা অমা মন্দিরগী মমাংদা অভোবা লৈদা মঙ্গ শোল্লহনা মপি তরং-তরং চেল্লগুনা কংলি। মহাক মশক কৰে, নীংবা কাইরবা মীনি; মহাক্কী মাইথোং অদুনা উৎলি। অকাওবা আর্টিষ্ট অমনি। মন্দিরগী যাত্রিক খুদিংদা ব্যাখ্যা ত্তৌরি। ঈশ্বরগী মিংদা অন্নাবা কয়া থাংহুনা অমম্বা অহিংসিদা লাক্লি। ঈশ্বরদি, মকম খুদিংদা লৈ। মহাকপু ঐখোয় খুদিংমক্না উগনি। জীব খুদিংমক মহাক্কী মচানি। "পৃথিবীসি মহাক্কী খুৎশেমনি"। অসি হায়হুনা যাত্রিক খুদিংদা সিন্দুর নম্লি। নীর্মাল্য য়েল্লি।

নোংঙাল্লকপগা লোইননা পাউ অমা শন্দোকয়ক্লে। স্কাউটকী অঙাংশিংনা পুলিস ষ্টেসন্দা পাউ পীখ্রে। ভলন্টিয়ারশিংনা থিবা হৌরক্লে। পাথং অমগা লৈশাবী অমগা ডাকুশিংনা ফাখ্রে। থাংজিং খুন্তমগী ওয়বা থৌরিয়ানবীদগীনি। মহাক্না লাকমিন্নবা কাওবুশিংনা কোইচেন-চেনবা হৌরক্লে। হংনরক্লে, কনানো! কনানো?

য়বী—মকোক অহু রুমায়া য়েংশিল্লগা হায়রকই—কাওবু অমা অঙম্বা হায়গংলমদাইদগী খোরক্লগা ঐখোয়বু ফুপাইরম্নগা পুথিবনি। ফুপাগী মিংনা ডিলিপ ফুপীনা ভানু কৌই। মমিং তাবদা যাত্রিকশিং থংনরক্লে। মখোয় অনিমক মণিপুরগী অকাওবনি। লৈবাক্কী ওইনা অমাংবনি। ডিলিপ ডাক্তরনি, ফিলোসোফরনি। মকমসিদা রিসার্চ লাকপনি। "ভানুম্নু প্রোফেসারনি, মশক খওবা মীশিংনা কাথিবনি। থুনা থিহৌসি অদু নত্রবদি ... ...।

নোংঙাল্লমদাইগী লৈচিল মরক্তা থাবল মঙাল্লা অমুমুক ঙাহ্নোক্লি। ওমলবা লৈথীনি, অরোইবদা চৈঙাল অম্না মুংশিং মরক্তা উরী। ডাকুশিংনা অনিহুবু পুম্নি। থাবন্দা অহল অমা হিক্রবাক্তা উইরি।

ডাকু—হন্ন-হন্না কৌরি। হিহোনবা, হিহোনবা।

অহল—কিগনু কিগনু নখোয়গীদমক্তা ভায়রিবনি।

ডাকু—ঈশিংগী লম্বীদা চৎসি।

অহল—খঙলে।

হিহোনবা—ইচানুপা নমিং করি কৌই।

পাখং—"ডিলিপ"।

ইচানুপী—"ভানু"।

হিহোনবা—ঈশ্বরনা আশীর্ব্বাদ তৌবিগনি। অদুবু মপি তরং তরং চেন্নহুনা নোদা মথদাং শোরি। থাবল্দা লৈচিল শঙ্খ পাইবা অদু য়েংলগা হায়রকই ইচানুপী নংবু উন্নবা লাক্লি। করম্বা উমংদা, করম্বা খুঙ্গংদা, করম্বা সহরদা লৈরমগবা। কিগনবী নহাকীদমক্তা অমম্বদা লাউরি। ঈপা লাক্লে। ঈপা লাক্লে।

ডিলিপ—বাবা ইচল অদু ঐনা পুরক্কনি। মবুং ঐবু য়ানা ভাইরম্নগনি।

হিহোনবা—তোর্ব্বানসিদা ইচানুপীগী খোজুল তারম্নরোই।

ডিলিপ—ঈশ্বরগী নোংদম্লি।

হিহোনবা—ডাকুগী মখুক্তা তারবনি। করম্না কনবা ভমগনি। শিবনা মখোয়গী লমখুংনি।

ডাকু—হি কম্না হোল্লু থুনা লাম্থোকহৌসি।

ডিলিপ—নখোয়গী পাম্বা ঐখোয়নি।

ডাকু—য়োৎরগনি।

ডিলিপ—অরোয়বনি।

ডাকু—ডাক্তর অমম্বং কিলোসোকরনি। জীবগী সেবাভা তৌরক্লবনি। অদুবু ঈশ্বরগী নোংদমদি ওয়বনি। করম্বা ব্যাখ্যানা, থুরাই করবা ভমগনি। মদু খনবিয়ু ইতিহাসকী অরোইবা অধ্যায়নি।

ভান্নু—করিগী মরালনো। ঈশ্বরনা অসিগুম্বা মীবুস্নু দণ্ডি পীরি। ডিলিপ অমসুং ভান্নু অমম্বা কা অমদা থম্মী।

ভান্নু—বাঁশীসিনা অরোইবা লম্বী তান্নগনি। পুন্সিগী ইতিহাসনি. ঈশৈ অসি।

ডিলিপ—প্রেমগী লম্মন প্রেমনা শিংগদবনি।

বাঁশী অহু খোংবা লোইখিবগা, অকিবা খোঙ্গেল কয়া তারম্মী। মী হাৎপগী খোঙ্গেল্নি।

ডিলিপ—মী কয়া হাৎলি। মথং-মথং হাৎলক্লি। অরোইবদা ঐখোয়বুস্নু হাৎলগনি।

ভান্নু—মুপী অমা হাৎখিবগী খোঙ্গেলদো তাহৌব্রা?

ডিলিপ—মীহাৎ অদুগুম্না।

ভান্নু—ঐখোয়না ঐখোয়গী মোংফমদা লেপ্লি। মিত্তা উরিবা পৃথিবীগী পোৎ পুম্নমকসি রা ভাংলি।

ডিলিপ—মথন্নাই পান্দবা পোৎস্নু রা ভাংলক্লে।

ভান্নু—ঐখোয়বু থিরি, পুলিসনা স্কাউটকী ভলন্টিয়ারশিংনা কৌরি ঐখোয়বু রবীনা।

ভান্নু—করিগী কপ্পি বেণু। উম্নবা অমুক ফংলরোই। ঐখোযবু থিবা ফংলরোই। লৈহৌরো বেণু। লৈহৌরো বেণু। ডিলিপ পোলিটিক্সিয়ান কয়ানা লাউরীবসে, তাউ। থুঙ্গংদা থিরি, সহরদা নীল্লি। শেল কয়া পীগনি। ব্যাখ্যা কয়া তৌরি।

ডিলিপ, সমাজগী ললনি। লৈবাকী অফাওবা, মীনি। দেশকী মূর্ত্তিনি। করিগুম্বদা ডিলিপস্নু ভান্নুগী রাখলশিংনা ভাওহলবা হৌরক্লে। মীওইবনা শিবগীদমক্তা রাই। ডিলিপতি শিবগীদমক্তা খন্দে। "জীব পুম্নমকসি শিবা লাকলিবনি। সংসারসি মোংফম্নি। "হিংলিবসি থবক্লি। মীওইবগী সেবানি, তোল্লবগী পূজানি মহাকী ধর্ম্মদি। অচুবগীদমক্তা থরাই থাবা অহুনি, মহাকী লম্বী।

চীংদোনগী সাধু অদু কনাস্থ নস্তে। শরদকী অরোনবনি। মকমসিদা পাউ কংলম্মী। মখোয়বু কাখিবসি মহাক্কী থৌরাংনি।

হিরুবাক্কা কমদুনা ডাকুশিংগী মরক্তা লৈরিবা অহলদো মচানুপী থিরিবনি। মহাক্কী মচানুপী অমা ডাকুশিংনা কাদুনা মাংহনখি। মতুগীদমক্তা ডাকুশিংগী মরক্তা লৈরম্মী। করিগুম্বদা থুঙ্গংগী উমংদা লৈ। করিগুম্বদা অমম্বা অহিংগী খুদোন্দা লৈরমগনি। করিগুম্বদা মীওইবনা য়োররোইদবা মকমদা, মচানুপীবু কৌহুনা লৈরমগনি। মন্দিরগী দেবতাদা মচানুপীবু হংলমগনি। তীর্থশিংদা মচানুপীবু কৌরমগনি। তোর্ব্বানগী খোঙ্গুল পরেংদা মচানুপীবু য়েংলমগনি। হিহোনবা অহলসে, মচানুপীগীদমক্তা ডাকুশিংগী সমাজদা মহাক্কী পুন্সিগী ইতিহাস তিনখ্রে। ডাকুগী পুন্সি ওইজরবস্থ মচানুপীগী প্রেমতনি। সাধু কয়াস্থ অরোনবদা লৈরমগনি। "নীঙবা কামরবা মীদি সমাজগী মিৎয়েং কিবক্তে।

শরদনা ভানুবু মুংশিরি। থুঙ্গংগী মিৎয়েংদা, অচম্বা পুন্সিদা ভানু সমাজগী মপুং ফারবা মীনি তোল্লবা কয়াগী পুন্সিবু শেমগৎলম্মী। সমাজসিদা মীনা মীবু শা ওইহল্লি। মীওইবনা সমাজগী য়েক্লবা ওইরি। পৃথিবীগী অপুনবা শক্তিবু থুগাইবি। মখোইগী অওনবা অদুনি, শিক্ষা। পৃথিবীগী মিৎয়েংনি, সভ্যতা। অচুম্বা অদুনি, আদর্শদি। সমাজ নত্রগা কাঙলুপ খাইদোকপনা পৃথিবীগী অওনবা পুরকপা ঙমদে। ট্রেডিসন ভাক্লিবা অদুনস্থ সমাজগী বিরোধ ওইরকই।

শরদ থুঙ্গংগী পাখংনি। ভানুগী মরুপ্পি, প্রেমগী ইতিহাসনা সাক্ষীনি। বসন্তগী লৈনা লাউরী, শরদকী ভানুনি। মন্দিরগী দেবতাশিংনা কৌরি ভানু! ভানু! চীংদোন কয়ানা কোইশিন্নবা মকম্নি। থাবল্লা কুপ্পবা অহিংগী দৃশ্যনি। শরদনা কদম্বখোংগী ইতিহাস ব্যাখ্যা তৌরক্লে। থুঙ্গংগী রাখল্লি, অচম্বা সমাজগী ইতিহাসনি। যুগকী অমরনি।

ভানু—মিৎকুপ অমনা, ইতিহাসকী মপুংফাবা নত্তে। মতুমী-দমক্তা সাধক ওইবমু মুক্তি নত্তে। শরদবাবু খুদংগী মরুপ্পি। কদম পাম্বীনা সাক্সীনি। হৌখ্রবা খুদংগী ইতিহাসনি। নৈনবগী মতম নত্রে। অদুবু হৌজিক্কী সমস্যা ওইরি। পুন্সি অসি অওনবনি। সমাজসিমু অওনবনি, অওনবা অহুগী পাদম্নি; মীওইবগী ইতিহাস। মীওইবগী রাখলসে, অরেপ্পা নৈত্তে। যুগকী অমমুং সমাজগী অহোংবনি। হোংলুনবতা নৈগদবা পুন্সিনি। ঐ লৌমী নীংঙোম্নি, লৌমীগী ইতিহাস করিগী খঙ্‌লোই। সমাজগী মিৎয়েং অনি লৈ। অহানবা মিৎয়েং অমা। শিক্ষিত সমাজগী মিৎয়েং অমা। পৃথিবীগী ইতিহাসতা লৈরিবনি। যুগ কয়ানা ব্যাখ্যা তৌরি। দার্শনিক কয়ানা নৈনরিবনি। অবতার কয়াগী বাণীনি। রাজনীতিজ্ঞ কয়ানা লাউরি। সমাজগী মুক্তিগীদমক্তা। শরদবাবুদি অপাম্বগীদমক্তা আত্মাহত্যা তৌগদৌরি। অতোপ্পবুমু বলিগীদমক্তা থম্নি। উমংদা পুন্সি কয়া হৌহল্লি। প্রেম অসি পৃথিবীদা য়েন্থোকপা ঙম্মবদি বিশ্ব-শান্তি কংগনি। কর্ম্মদি তৌগদবনি, মহৈদি ত্যাগনি। মসি মহর্ষিশিংগী বাণীনি। হিন্দু ফিলোসোফিনি। শরদবাবুনা সংসারদা লাকপগী অর্থ করিনো? "মীওইবনা জীব পূর্ণমক্তগী হেল্লি"। মসি ঈশ্বরগী বাণীনি। নীওবা থুংত্রবা পুন্সি অসি অরেম্বনি খনবদি, মীওইবগী রাখল নত্তে। রাখলসি থম্নবগীদমক্তা পৃথিবীগী সাহিত্য নৈনবিম্ন। সমাজ কয়াগী সাহিত্যনা, সাধক কয়াগী ইতিহাসনা অওনবা পুরক্নি। আত্মাগী শক্তি হেনগংলকনি। অরাংবা থাক্তী মী ওইরক্নি। পান্দম অহু মীওইবগী মপুংফাবনি। মীনা মীগীদমক্তা করিগী মাংনবা তৌগনি। করিগীদমক্তা উমংদা নৈগল্লি। মীনা মীবু পূজা তৌগদবনি। অরাংবা পাম্বা মীনা, নীওবা থুংত্তকত্রগা সমাজগী য়েক্লবা ওইরকই। ঐগী ব্যাখ্যাসিদা শরদবাবুগী মতমু কোংদোকপীয়ু। মতমতুদা পুন্সিগী মঙাল অমা কাওরক্নি।

ডিলিপ—ভানুগীদমক্তা সমাজগী রাংমদা উমংদা লৈখিরি। সমাজগী সেবা তৌখিরবদি ইতিহাসতা অময় ওইহৌগনি। অওনবা হায়বসি, শক্তিনা ওনহলববুদি, থম্মোয়না ওনবনা হেল্লি। পুক্লিং অসি অঙবা থবক্তা শিজিন্নবিয়ু। মীদা খেন্নবা লৈতে। শিক্ষানা খেন্নহন্নকই। জীবনা, জীববু মাংহলবিগনু। সমাজদা লৈয়রবা কত্তবা লম্বী অদুগী যান্ত্রিক ওইবিগনু। হৌজিক্কী সমাজগী সমস্যানি। সমাজনা মী শেমই। সমাজনা মী মাংহল্লি। মসি কোক্লবগী পান্জমদি সমাজ শিক্ষানা শেংদোকপা ওম্মী। মীনা মীগী অধিকার মাংহল্লি। মিংয়েংসিদগী মীনা মীগী মাংনবা শীন্নকই। অমগী অধিকার সমাজগী অধিকারনি। সমস্যাসি ঙাকথোক্লবগীদমক্তা তোঙান-তোঙানবা লম্বীদা লাকই।। শরদবাবুনা পীবিগদৌরিবা ইরাল অদু খুদমগা লৌইননা ব্যাখ্যা তৌবিরগা পাংথোকপীয়ু। সমাজগী কাদম ওইহৌনবা।

শরদ—ঐগী ব্যাখ্যানা ডিলিপবাবু অরানবা পীবা ঙমলোই। পৃথিবীগী মীনসু ব্যাখ্যা তৌবা ঙমলোই। সমাজগীদমক্তা ত্যাগ তৌরবা মীনি। পৃথিবীদা নহাক্কী য়েক্লবা লৈতে। অদুবু ঈশ্বরনদি য়েক্লবা ওইরি।

ভানু—ডিলিপকীদমক্তা পীখিগদবা মরাল অদু ইশানা শরুক অনিমক লৌজগনি। শরদবাবুনা ঐবু ইরাল্লৈবী অমা ওইনা ব্যাখ্যা তৌরবদি, শরদবাবুসু মরাল লৈরবা অমা ওইনা অর্থ লৌগনি। পৃথিবীদা শাংলিবা লৈসে ঐগীনি, হায়না ব্যাখ্যা তৌরবদি, সভ্য সমাজগী মী নত্তে। মীওইবগী ইতিহাসতা, মরাল লৈত্রবা মী কয়াবু মরাল, পীবগীদমক্তা ঈশ্বরনা দণ্ড পীগনি।

শরদ—ইমা অমগুম্না নঙবু কৌজরি। ঐগী অরানবা পুম্নমক কোকহনবিরো। হিংসাগী থবক থাদোক্লবনি। ইরালসিগীদমকতা দণ্ড অদু লৌজরি। ডাকুশিং অহুনা মহাক মহাক্কী মরাল লীরক্লে।




মশা-মশাগী সাক্ষী ওইরক্নে। ডিলিপ ঐথোয়বু দণ্ড পীবিয়ু। মতমচুদা ঐথোয়গী ইরাওশ্রিং কোকনি। নহাক্না ঐথোয়গী দণ্ডগীদমক্তা প্রমাণ তৌবিয়ু। ইরালগী মতীকচাবা দণ্ডদো কংজগে। মী কয়া হাত্লুবনি, অত্যাচার কয়া তৌরবনি। থুঙংগী মন্দিরদা লাকপা লুপী কয়া শাংহলখ্রবনি।

হিহোলবা—ইচানুপী অছু হিংলিব্রা ?

ডাকু—হিংলি।

ডিলিপ—কদাইদা

ডাকু—থুঙংগী য়ুমদা।

ডিলিপ—হান্না।

হিহোনবা—ঐগী ইচানুপী হিংলি। ঐগী ইচানুপী হিংলি। মবুংনা মচলবু পুরক্লগনি। ঐনা কোংনা থিরি। মহাক্না তুমিন্না পুরক্নে।

ডিলিপ—মরুপশিংগী থম্মোয়দা অওনবা অমা লাক্লবনিনা, দণ্ডগী দরকার লৈত্রে। লৈবাক্তী মপুনসু কোকপীগনি নীঙজৈ।

শরদবাবু গুসিদগী ভানু অসি শিন্নজরবনি।

শরদ—ডিলিপবাবুগী দান অমুক পীজরি।

সমাপ্ত



লোইরবা